# খূমন কংলৈরোন

সম্পাদন তৌবা
শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ
সেক্রেটরী, অতোম্বাপু রিসার্চ সেণ্টর, ইম্ফাল




অতোম্বাপু রিসার্চ সেণ্টর
ইম্ফাল

# খূমন কংলৈরোন

হয়া হে লীকলাইও ইপুংথৌ নোংথৌরেন পুমাবা—ও। শ্রীশ্রী জিং সাহা যুবরাজ অহনবদা পোইরৈ মুক্তি ফম্বাল্লাং, সনা সিংহাসনবু পীনা মণিপুর সনা লৈময়োন অসিবু রাজ্য লৈপাক খূত্তা থুমনা পোইরৈ লৈপাক ঙাকসনো হায়না সনা ফম্বাল পীরবদা যুবরাজ অহনবা লীকলাই সনা রাপীহল্লা যোয়পু মশানৌ নোংয়ায় খূমন নিংথৌ অদোম থিংকোন হনবা মাঙলা চৈহ ওনপা পাসি লাঙলোই ঙম্বা, মারা থুম্লেন চাইবা, কালারাজা লমাচংবা মপারি মারতন অতনবা ফাবা সাকান পনমৈখাদা খৌশাবা থৌংপাই খারাঙপা থৌংপা পুনৈম শাকবনু কাইনা তনবা সনা ঈবু চিরৌকবী নোংয়ায় হাম্বমচা রাজমন্ত্রী কৈবিরাম সিংহ মমোম খয়োয়রোন রাজকন্যা থোই-থোইপী দময়ন্তী রাণী অহেনবীগা জয় য়াইফথোইনা লেল্লেন মহিন্দ্র অথুম্বদা সমা নুমিৎ খাচিকনা চন্দ্র থা .... পাংনবগুম অভিষেক চোইনৌ সনা ফম্বাল তোংহল্লবদা লাইরেন মৈদিংঙু শ্রীগরিবনিরাজ বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্বা, থোংনাং নূংঙনঙাই নূংতোংচৌংদা থাঙলেন পামহৈ হকপা রাম লক্ষ্মণ থোঙ থৌচু নুংখিন তানপা, তরু রানয়াই থাঙ লোক্‌পনা নোইনাই ইপারি যুবরাজ

---

হয়া ...—হে। লীকলাই—নিংথৌ। ইপুংথৌ নোংথৌরেন পুমাবা—নিংথৌরেন অমোইনা। জিং সাহা—চিংসাই (গরিবনরাজ মহারাজনা রাযেনবম চন্দ্র গোমতী মহারাণী লৌহুনা সনা সমৈরাং চিংসাই পোকই। খৃষ্টাব্দ ১৭৪৮ কালেন ১০ নি ...। থুমশকৈশা নুমিৎতা গরিবনরাজ মহারাজনা মজা ইবুংঙো চিংসাইদা নিংথৌ খ.ম শিন্নখি। পোইরৈ লৈপাক—মৈতৈ লৈবাক, মণিপুর। লীকলাই সনা রাপীহল — মজা ইবুংঙো অহন। নোংয়ায়—খূমন। মমোম — মচা নুপী। খয়োয়রোন—খূমন যেক ওইবা যুমলাক্কী চন্দ্র।

লাইরেন মৈদিংঙু—মৈতৈ নিংথৌ। গরিবনিরাজ—মহারাজ অসি খৃঃ ১৭০৯ দগী ১৭৪৮ ফাওবা মণিপুরদা পানখি। থৌচু—নু। ইপারি — ইচা নিপা

লীকলাই ৱাপীহন — ও পোইরৈ সনা ফম্বাল্লাংগী কোল্লোয় মিংথৈরেন্দি জয় শ্রীযুৎ নোংপোক মেনখোম্বা, ঔৱা থোঙলেন লানচিংবা, খামরন্ কেঙমু ক্যাখোং ঔৱা চিকোং মীরোংখনপু কাইনা হুনবা হায়না কোল্লোয় মিংথৈন-ও। য়িহুইরোন নোংয়ায় খূমন নিংথৌ চম্নু নঙগী কোল্লোয় নমিং লেন্দি জয় শ্রীমতি মহারাণী নোংপোক ৱায়রং চেখোম্পী, মুক্তা খাউচাউ-রোকপী লাংকোই মোইশায়া শায়া অপান্বা থোকনরম থৌতু নুংঙন চীং, চোয়নৌ লুপা চীংকী সেক্কু কাইনৌ চীংশোম্পী শেনপী লাকরায় ক্যম্নু থাপা ঙকলীনববু কাইনা হুনবী হায়না কোল্লোয় মিংহুনপিরবদা লাইরেন মৈতেংঙু নোংপোক ৱায়রং পামহৈবনা তুবী সনা মনিন খোনবু কোকিল খোনতাননা পাওমেল্লকএ। পাইরোরেম য়োয়পা খূমনপাচা রাজ মন্ত্রী কৈ-বিরাম সিংহ পায়মা লিন্দাংশাবা, লৌরায় হাফুরোনকুম মরীচৎ, হাতাং শাং-কুম মতা লাম্বা নঙপু লাউ-ও। নমোম ইহুইরোন নোংয়ায় খয়োয়রোন অতোন লোয়যম্পা চনুগী মপাম নোংয়ায় চাউবা পুং, খূমন শাংবা য়ায়গী নোংয়ায় পারী কুই, খূমন পুরী তৎতবা ৱাকী, পুরেন মথংশীন্ পারোন মথং লেংনা শৈশেমচা-ও হায়না পাওমেল্লবা ৱাগী লোয়য়ম নোংয়ায় নাহানা পাউখুমচরকএ। লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ-ও তুবী নথৌচান্ লাইরেন নরনকুগী তয়ম তাঙজা কোকতা থোংনা পাউ য়াজগে। তম্পা পীমাপী জয় শ্রীমতি ৱাণী লৈমরেনগী মপন নোংয়ায় খূমনপা চা — অতোন

---

বাপীহন — মচানিপা অহন। পোইরৈ সনা ফম্বাল্লাংগী কোল্লোয় মিংথৈরেন্দি — ফম্বাল মিংহুন্দি। খামরন — ঔৱা। কাইনা হুনবা — লান জম্বা। য়িহুইরোন — ইমৌ নূপী। কোল্লোয় নমিংলেন্দি — নমিং মিংথোংদি। লাংগোই মোইশায় শায়া অপানবা — শামু ময়া নিংথিজবা। চোয়নৌ — সনা। শেনপী — কবো। মিংহুন পিরবদা — মমিং থোনবিরবদা।

তুবী — মৈতৈ নিংথৌ। পাইরোরেম — ইবাই। খূমন পাচা — খূমন য়েক ওইবা য়ূমনাক্কী নিপা। পায়মা লিন্দাং শাংবা — বুদ্ধি লৌশিং কবা। নমোম — নচা নূপী। ইহুইরোন — ইমৌ নূপী। নোংয়ায় — খূমন। খয়োয়রোন — খূমন য়েক ওইবা য়ূমনাক্কী চম্নু। পারোন — মপা মরোন মরোন, মপা মথং মথং।

হাওপমচা খুমন শনকোন খিনবা রাজ মন্ত্রী মকোই পাউনীংশিংবনা নোংয়ায় ইপাচা খুমন ইয়েল্লু, নোংয়ায় কেন্‌তা লৈকোয়পূংবু অশৈনবা শোয়পাই অহনবা মনোংয়ায় লোইনাই অহল্লুপ শঙদা তরেৎ শেল্লুংহনবা মুকুন্দরাম মায়চৌ সৌকাইচাম্পা নঙবু লাউ ও। ইমোম মৈতৈ লৈমগী মপাম নোংয়ায় চাউবা পূংদা খুমন হান্না খুনতারকপদগী ইয়ু নিংথৌ নোংগায় লীকলাইদ্বীপা খুমন শনকোন থনবশিংগী নিংথৌ ফমলম শীন্ খমলাং মথং লেংনা শৈশেমসে হায়না পাওমেল্লবদা নোংয়ায় মপাচা মায়চৌ সৌকাইচাম্বনা হোয়তা নোংয়ায় ইপুংথৌ রাজমন্ত্রী লৌশিংবা রায়রা শাথোঙ অরাম্বা, হুয়েন লানফম অচৌবদা থোয়মা নমায় ওন্দবা, থায়াঙ নথৌমনগী ওক্লেন লাংসম কাওপু তেংথানবা, নিংথৌ লানপোৎ ফিথৈববু শেৎনা ফংলা খোঙকাওচাকপু তানফংবা, নিংথৌ উনবী পূকতিন্ননা পোইরৈ লৈপাক ঙাকলিবা নোংয়ায় চীনকোই নয়াথং লীকলাং নপাওমেনবু হেপথোকতনা লাইরেন নোংথৌরেনগী চীংখোঙ থৌতাইরেম রাকমা মতম হন্‌পা লোয়য়ম রাংগম নাহা থোংনাং মান্না অহোঙপা মনোংয়ায় মুরারি মায়তম কোনশাপা অতোন নোংয়ায় নাহা লময়ায় কাইখিনবা মনোংয়ায় বনমালী খুমনথেম্বাগা পাঞ্জি মরোন থিনা দণ্ড রাংলেন পূংচা খঙবরক্তগী ময়ু সোইপাই তাইপঙ চামপা মনোংয়ায় কোঙয়ামপা গঙ্গারাম রারেপ্পা নঙখোয় অহুম্মকা সিনাইপীচাকুম্, পায়মা

---

লাইরেন নরনকৃগী মহারাজগী থৌজান্দগী। মপন—মপা। মকোই পাউনীংশিংবনা—লৌশিং শিংবনা। নোংয়ায় ইপাচা খুমন ইরেল্লু—খুমন ঐগী ধারা।

শোইপাই অহনবা—খুমন নিংথৌ শিয়ারোংনা (সরারোং) খুঞ্জান লাইরুরা শোইয়াম্বী লৌচুনা শোইপাই অহনবা পোকই। কোলোমগা শৌরাইজমগা য়ুমনাক অনী অসি মাগী ধারানি। মায়চৌ—পণ্ডিত। মুকুন্দরাম—শৌরাইজাম্বা পণ্ডিত। ইমোম—ইচা নুপী। মৈতৈ লৈমা—মৈতৈগী মহারাণী। খম্লাং,—মপা। মথংলেংনা—মথং শীংনা, মথং মনাউ নাইনা। নিংথৌ উনবী পূকতিন্ননা—নিংথৌ লাইবক য়ুমদিন্ননা, নিংথৌগা লাইবকশা তিন্ননা। নপাওমেনবু হেপথোক্তনা—নয়াথংবু হীক্তোক্তনা।

হোন্‌চিন্নবা শৈশেমচরক্কে। তৌইকুম নোংরায় মপাওমেনবু পান্নয়োল্লগবরা, অশৈ পরেংচাদা কুথোই চীন য়ামনা য়াথং থোইরা শমলবস্নুঙ লঙজা অয়োন ঙাকপিডৈনে হায়না পাওমেঞ্জখিয়ে। ময়ু নোংরায় খুমন নিংথৌ অদোন থিংকোন হনবা মনোংয়ায় শ্রীরামচরণ অতোন হাওপম চানা নদাইরেম ঐদি অঙ্গি লাইয়িম থা পখাপ উচা লৌনা মূকমৈ নারিন শোনচরকে হায়না পাউ য়ারবদা শোক কুমশীং রাচুপ্না ১৬৭১ লেপলিবা লোইদাম্‌ ফাইরেন থা নিন্দুং তিথি নিনি পানবা সংক্রান্তি ১৫ শুরকপা কোরৌ নুমিৎ য়ুমশকৈশা খেল্লেন শগোলশেন্না রাংলেন পুংচা লেপলিডৈ স্বাতী কাইনৌ থরানপিচাকনা তোংলেন মঙান নাইনা মহিন্দ্রি পুংচা অথুম্বদা ইরৌশৈনে ॥০॥

হরি হয়াহে নোংয়ায় লীকলাং য়াই মরু থোইরা মরুগী লংশুং ময়েক্কী নোংয়ায় হান্না পোকমাপা, খুমন হান্না শাৎমাপা ইয়ু নোংরায় লীকলাং স্নমেকদি কনানো? চীংঙু মালেম লৈশেম্বা কোরৌ নোংওইবা মাল্লেম লৈক্ফনবা, লীকলাই য়াইবীরেন শিদববু চীরেন কোনকা খানা নাউয়োকপা, চীংঙু নোংলাই (নোং লীকলাই) অহেনপা, নুংনাং নোংফুরেন অমম্বদা য়াতাবা, ঈকুং পূক্কোয় মঙ্গমন্নুংগী নোংয়ায় চুপলেন ফেনমরকনা চীংথৈ লৈনা থোংনা য়াইকী লমহৌরকপা, পলেম মমা পোকমাবী লৈন্নুং পিশিন্নু মাল্লেম

---

লময়ায় কাইখিনবা—খুমন য়াওশুঙবনা রাংওমলোন তরমঙ পান্নহুনা খুমন নিংথৌ লময়ায় কাইখিনবা পোকখি। মহাক অসি মৈতৈ নিংথৌ কোংয়াম্বগী মতমদা হায়বদি খৃষ্টগী তরামরি শুমা শতাব্দীগী অহানবা শরক্তা লৈরম্বনি। রাংলেন—পুং। পান্নমা হোনচিন্নবা—লৌশিং (রাখল) চনিঙতানা। কুথোই—করি খোইদোক্নবা। লঙজা অয়োন—অরান অহুই। মূকমৈ নারিন শোনচরক্কে—লাইরিক ইজরক্কে। লোইদাম—থা। নিন্দুং—কৃষ্ণ পক্ষ, শিথরকপাথা। খেল্লেন—অথোইবা খেনফম।

স্বাতী কাইনৌ থরানপিচাক ভরা মঙা শুবা নক্ষত্র। তোংলেন—থরানমিচাক। ইরৌশৈনে—ইবা হৌবা ঈশৈনে। থোইরা—হৌরকফম। নোংরায়—খুমন। চীংঙু মালেম লৈশেম্বা—লৈপাক শেম্বা লাই। কোরৌ নোং—অতিয়া। নাউয়োকপা—য়োকপা। য়াতাবা—য়াহিপ্পা। পলেম মমা পোকমাবী—মাবু পোকপা মমা। পান্নমা উনকোম্ব ফুংগী

লৈপুরুপ্পী পায়মা উনকোয়নুংগী নয়ু চীংখোঙ পোইরৈতোন, খুনগী পোংমহন খুনুং য়োয়চাখা অরিবা লৈমুং পোইনাউতা অতোনবা-ও তৌনা কৌএ। চীংখোঙ পোইরৈতোন্দি খোয়মা তোনকুম্পনে, খোয়মা লিরেনতোন লিরেন য়াইথমপোং ময়েক (ময়েঙ) য়েক্‌নম্নু (য়েঙনম্নু) মতোন তোন্না পোঙ-বনিগিনা তাইবঙ নোংশাপান পূংময়োন অসিদা হিংনা চাবা মরমন্নু, মুন্না চাবা মথেনম্নু, খুৎশূ খুৎলাই মশীং শুনা নোংতম্ পীরম্বা পোইরৈ মৈতৈ থোংনাং ময়াং তখেন লাংথা লাংমুং কেগে মোইরাং শেনবী কবো চাকোৎ তাংখুন কপুই, লমগন, তারাউ তারাং, মরিং, নাশেন চকপা, তাংপা খারম মনুং পূমনমকপু চাকচা ফিশেংতৈ, য়োয়না চান্না রাপু নোংদম্বীরম্বা নয়ুন্না চীংখোঙ পোইরৈতোন লৈমুং পোইনাউতা অতোনবা-ও তৌনা কৌএ। নয়ুবা চীংখোঙ পোইরৈতোনদি কোল্লোয় মিংখোংগীবু চূনবনে ॥০॥

নবেন লৈমা লৈনাউ তাবী খুনুংঙানবা মপু নিংথৌ চন্নু চৈরৈ লাকা পানববু খোঙতৈনবী, লাইচম থোংখোঙ শেমবা চীংয়া লাইফাথোংবা, লৈমুংখার লাইহনবা চন্নু লৈমা লৈহল্লু. খমনুং লৌরী শেম্বা, মুওক শঙশা মথেন তৈবা চন্নুপুরোয় লেমনুশূ পায়মা লিনকোয়গী খমচীংকোন হায়হৈবা খমনুং থোংঙাইবা রায়েন চুপ্পনা পোকপী লৈমা লৈনাউতাবী পায়মা লিনকোয়গী নয়ু শীঙতাপুং তাপুং শীংমিংনবা, খমলৈ ওন্দেবা শরাই হনরাইবা খমলৈ মীমুংকোন শরাই মীখুরোনকী

—গর্ভদগী, মবুক্তগী। তাইবঙ নোংসাপান—সংসার। নোংতমপীরম্বা—নোংদম নোংথা-ইবিরম্বা। পোইরৈ—মৈতৈ। থোংনাং—ময়াং। কোল্লোয়—মিং। নবেন—নবেনবোক, নবেম্বৌ। লৈমা লৈনাউ তাবী—শীংতবুং তাবুং শিংমিংনবগী মমানি, খমচীংকোন হায়হৈবা খমনুং থোংঙাইবনা পোকপনি।

নয়ু—নপু। শীংতাপুং তাপুং শীংমিং-বা—চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লৈমা লৈ-নাউতাবী পায়তুনা শীংতাপুং পোকই। শীংতাপুং অদি য়ামনা নৌনা মনুং মতম চাদনা শিরবদা অশিবগী লাই লৈমুংখোংঙারেন্না মাবু অমুক হিংগৎহনখি। মহাকনা শিরুবদগী হিংগৎলক্লগা লৈমুং থোঙারেন্না তাকলকপা মতুং ইন্না নৌবাক অসিগী চৎ-নরোল মেরামেন্দোংক কুমচন থাচন মিকোন থাকোন কুমশা ঈরাং থৌনি পূমনমক হৌনবা মতুং ইন্না শন্দোকখি। শিরুবদগী হিংগৎলকই হায়তুনা মহাকপু খমলৈ ওন্দেবা শরা হলবাইবা খমলৈ মীমুংকোন শরা মিখুরোনগী ওন্দেবা হায়না কৌই।

ওন্দেবনা মীউরাং মীরুতোং মেরা মেনতোং অতাই চিরাং কুমচন থাচন মিকোন থাকোন ঈন্নাং লাইশোন কুমশা থাশা পূমনমকপু লৈন্নুং থারারেন অহনবগী চীনকোয় মতীনমেনবু হেপথোকতনা অমন শীয়ায়ন্নুংকী থীংলো নীংনা তেনা হনরাইবা, নয়ু নিংঙোন শীহনবা-ও তৌনা কৌএ ॥০॥

নবেন শনথোঙ পুনেম্বা চন্নু চীংঙু মাল্লেম লৈশেমলিবা খোইমোম শম্বোঙ নামুংবন্না য়েনবী শম্বোঙ পুনেম্বা চন্নু পায়মা লিনকোয়গী পারি হজিন্না পম্বৌ তেচিন্ননা থারা শকলেন ওন্না লাংওনবা, শীংলেন লৈরোংমা লৈরাং থাউচু নীকপবু মায়রৈননা তেচিন্নববু পম্বৌ পামিংনবা-ও তৌনা কৌএ ॥০॥

নবেন কোরৌ হূয়মু লৈমা ন্নুচেংয়াম্বী ন্নুজা মরোন য়ামনা শানওমবী খোইমোম শম্বোঙ রাখায়চেং খায়চেং অহনবা নাসি চাউবা পূংমায়রেম্বনা য়েনবী, লাইরাকুম শোইয়াম্বী, লাইহেগুম তোনলোঙবী, হৈরীগুম লোংচুম্বী কোরৌ হূয়মু লৈমা ন্নুচেং য়াম্বা পায়মা লিনকোয়গী নয়ু ন্নুংপান খুনথিবা-ও তৌনা কৌএ। নয়ু ন্নুংপান খুনথিবদি কোল্লোয় মিংথোংগীবু চূনবনে ॥০॥

নবেন কৌবরে'ন নামোইগু কৌবা চীংলেন পল্লংলা, মঙন্ জরঙ্ রাংবা চীং, অরাং কৌবা চীংলাংমৈবু অশৈনবা চন্নু পায়মা লিনকোয়গী নয়ু ন্নুং-পান হোঙনেম লূরাং নিংথৌ পুনশিবা চারোন মঙা তানফংবা, শূরোন তরুক লোনচিনবা পাখং কুমচীঙ লোনখোঙ মঙা তানফংবা, নূরা কুমচিঙ্ লোনখোঙ অহুম রাইচিনপা, ফাত্রে নেংচিনপা য়ামত্রে চাইচিন্পা চীরীক য়োফাংলৈ, (চোং) চাহুই কাঙপরৈ কৌবা নূংবু চীংগী মরোন তনেমচা

---

খমলৈ ওন্দেবা শরাই হনরাইবা -- শিরুবদগী (অশিবগী লৈবাক্তগী) হল্লকপা, শিরুবদগী হিংগংলকপা। লৈন্নুং থরারেন অহনবা—অশিবগী লাইনি, পোইরৈ-তোন খোঙকাং অতোনবগী ময়াম্বা অহন। নবেন শনথোঙ পুনেম্বা চন্নু—শম্বোঙ নামুংবগী মচানুপী নখেম্বগী নবেম্বৌ। য়েনবী—পোকপা। পামিংনবা—শীংতাপুং তাপুং শী মিন্নবগী মচা নিপা।

কোরৌ হূয়মু লৈমা—শম্বোঙ হূয়মু লৈমা, লুবাং পামিংনবগী মতুনি, মহাকনা

কান্‌লাই অচঙববু কাইনা হুনবা, লুরাংলৌ শোইরেন, শোইরেন চাপীরোক য়াঙলা হৈতুপ পোক, মোংবা ঈমজাউমান শাঙতিং লোনফৌ চীং, ময়িম্ লুরাংনা রাহায়না চীংলেন অরাংববু লা— অরাংবা-ও কৌএ। লা অরাংবদা পুনশী হায়হৈ শকনা হোঙনেম্ম হায়বগীবু হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুনশীবা, চীংলেন পল্লংলা অরাংবদা মতোম রাঙনবা-ও তৌনা কৌএ নয়ু মু বান পুনশিবদি ঙারা থাঙথোংনা শরেং মৈহন্না—শজীক মতুং ইন থবা মমৈ রায় কোরৌ নোংথাঙ কোন্দা কাসা লাই ওইফখিবনে। হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুনশিবদি কোল্লোয় মিংথোংগীবু চুনবনে ॥৩॥

হয়াহে নোংয়ায় লৈমাবা, খুমন হান্না খুন্দাবা, অদোন হান্না খুল্লিংবদি নোংয়ায় খুমন নিংথৌ কনানো? নবেন নোংয়ায় খুমন চীংঙ্, খমচীংকোন হায়হৈবা, সারাই তোন্‌লোং লম্মপাক্কী থৌহুনুংপাকথক্তা মুংফি লৈকুম্না ফাখং লাংঙইনা লীচৈ তরান শূনা তাইবঙ নোংশাপান পুংময়োন অসিদা কাওরেন শন্না তাম্বা মল্লা মশীং রাৎপদি তাল্লোয় তুনুংশি থংলেন রাম্নুংশিবু ওইনশুনো। কাওরেন মন্না তামদবা মল্লা

---

লুরাং খুনবিবা পোকই। তোন লোঙবী - মতোন লোঙবী। হরীগুম লোঙচুম্বী—হৈরী চরোংগুম মরোং চুম্বী। মুংপান—লুরাং। মুংপান খনবিবা - মুংবান পোম্বী লুরাউবা। কৌবরোন—মোইরাং অনৌবা য়েক শইবা য়ুমনাক্কী চমু নিঙ্ঙোন। কৌবরোন নামোইমু –কৌক্রুগী নিংথৌ কৌবা অঙাংঙা অমসুঙ রাংঙমলোন লৈমা লাইরোক লেম্বীগী মচা নূপী মহাকনা লুরাং খনবিবদা (পোনবী লুরাওবদা) ওঙহুনা হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুনশিবা পোকখি।

কাইনা হুনবা—লান্দা ওম্বা। চীংলেন—চীংজাউ। লা – চীং অরাংবা (লুরাংনা হায়নবা)। হোঙনেম্বা – কুমৈ তৌবা। চীংলেন পল্লংলা—চীং অরাংবা অচৌবা। রাঙনবা – রায়েনবা। কোরৌ নোংথাঙ কোন্দা—লাইরৈবাক্তা. স্বর্গদা।

কাওরেন—শল। তাম্বা—রাৎপা। মল্লংশীং রাৎপদি— মংকৎ দশীং রাংপদি। তাল্লোয়—মতু। তুনুংশি –মতু মুংশিবা। থংলেন—মরা, মপুরোইবা।

মশীং ৱাংতবদি তাল্লোয় তূম্নুংশি থংলেন ৱাম্নুংশিবু ওইনা-ও হায়না লাপ্লোই মীঙাথোপ শারেন মীশুং লাংবু য়েল্লিবা শুকমু থনবা ৱাঙনবা লাংয়াথনবা ৱাতেম্বা ঙানবা খুন্নুং নিংথৌ চম্নু পায়মা লিনকোয়গী নয়ু লুংবা অহনবগা মুংথোংঙাই অতোনবগা অনীমা শাৎনয়ে। মশানৌ মুংথোংঙাই অতোনবদি, লূৱাং লংমাইবা কৌনা মুংপান শল্লাই অঙনবদা লীকলাং সুমেরু চিংচখিয়ে। মশাবি লুংবা অহনবদি খোইমোম লাইমৈ ৱায চীংজ্ঞ লাই তুং শমনা খোই-মোম নোংদম্বা মথৌ থাগী পাইরে মপু লাকনা নোংদম্বীবা খোইমোম মতে হৈ চীংঞ্জ মগুন হুকপাদ ময়ু খোইমোম লাইওইবা মশামানা সনা কো-নফু শুংবগুম তিনশিনবীবা লুংবা অহনবা—ও তৌনা কৌএ।

নোংয়ায় হান্না পোকমাবা খুমন হান্না শাংমাবা লুংবা অহনবগী কো-ল্লোয় মশঙফমদি কলৈ মদাইমা লৈমা পিথাইনুনা মংশঙৱাই নিংথৌ থোঙ খুবনা মংলিংৱাই অৱাং মুঙপী চীংতাইবেমপু নাতৈননা কংলা শঙচিমাপু ঙমলোন্না হাওৱী হাওতোন্না য়েনখোং য়েনশানা মনুং লীকনোংতায়ান্না চীংদ হৈরেন হৈরেনপু থৌখামকম খাময়া নোংকোপ ৱাইতা খুনতাবনে। অদু নোংগীবু তুবীংেন্না য়োইনায়ে, লাইরেন তোন্না চান্নয়ে হাৎবগীবু নোংয়ায় য়োয়পা খূমন নিংথৌ লুংবা অহনবা-ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ লুংবা অহনবগী কোল্লোয় মশঙফমদি অদুমুঙ মদোমদে। হাওরে নোংপোকলা পাংবা লম, কংলৈ লম্মখা লানলোই লম্মরুগী ৱায়রং নাতৈনা শেল্লোয়

---

নোংয়ায় লৈমাবা—খূমন নিংথৌ। অদোন হান্না থুল্লিংবা—খূমন হান্ন থুন্দাবা, থুন শেন্থ। খোইনু নুংপাক ৰুক্তা—নুংপাক মথক্তা।

ৱাম্নুংশি—মৱা নুংশিবা। লংল্লোই—সানমী। মীঙাথোপ—মীৱা তাবা। মীশুংলাং—মীগী মরমগী। শুকমু থনবা—অপোকপা। লাংয়াথনবা—মশিবা। শাৎনয়ে—পোকএ। মুংপান—লূৱাং। মশাবি ময়াম্বা। খোইমোম—লাই। নোংদম্বা—বিধি ৱারেনম্বা লাই।

নোংয়ায় খূমন। শাংমাবা—পোকপা। মদাইমা লমদম। মংশঙৱাই—মং শঙবা মফম। মংলিংৱাই—মং লিংবা লকম। অৱাং মুংপী চীংতাইরেম—কৌব্রু চীং।

মদাইমা লংমাই নাকপকমবূ নাতৈনমা খোইমোম তাম্রি লিখন তম্না মচীং—চীন্ লমলেন থোঙ্গাঙবী ওমলোম্না শেল্লোয় নাকপক ইন লংমাই চীংশাং মাপোম কৈভোম্ব শম্ থৌবান লম্মহন্দা খূনগুমফবা মদাইরেম নোংয়ায় কোকচা হীরুবা খূমন লংয়েন পিম্নাই হনবনা হাম্না ঙাকপা লম, লৈমা পিতোন লাংথী মতুম্না, অহৌ ভোঙকন্শামাথুম্নোন কোকচারেম্না কোইবা লম, লাংয়েন লাংনা ঙাকপা য়াই, থৌবান লম্মহম খোইমোম লাইজা ঈমাবা, তুবী চীংয়োং হাইনাইবনা কোইবা মরমথৈ, য়োয়বূ খোইমোম লাইরেম্মা থৌবান লাইজা ঈমাবী, খোইমোম ফুনীং য়ান্নীং শৌবী মতুম্না, থৌবান লম্মহন্দা খুন্দাবা নিংথৌ লুংবা অহনবা-ও তৌনা কৌএ। নয়ূ লুংবা অহনবদি কোম্লোয় মিংথোংগীবূ চূনবনে ॥০॥

নবেন নোংয়ায় খূমন লৈমা থম্মোইরেম্বী নিংথৌ য়েন্দঙ চম্নু, ঙাম্নুম্নোম মচেঙ পাচামা কাইরৈ য়েম্নুমানে। লৈমা থম্মোইরেম্বী পায়মা লিনকোয়গী নয়ূ নোংয়ায় খূমন নিথৌ য়োইরাংপোক পুন্সিবা ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় খূমন নিংথৌ য়োইরাংপোক পুন্সিবা কৌবদি কদৌনোংগীনো? ময়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ থৌবান লাঈজা ঈমাবা তুবী চীয়োং হাইনাইববূ খোইমোম ঈকূম ঈকালাৎপু লাৎয়োন্দা, ঈরেন তমলেন তাইববূ তাইয়োন্দবা, নোংয়ায় পোকমাবা খূমন শাৎমাববূ লোইদাম কুম কাউদনা পুনেমমনগী

---

নাতৈনবা—মপা ওইনা। য়াই—মকম। অহুম্নুঙ মদোমদে—মাহুনম্নু লোইবা নত্তে। হাওরৈ—মায়গে। লানলোই—ভিয়াংথাংদগী কৌপাকপাউ কাওবদা লৈবা লম, চৌজিক্কী সেগালম্বী সোয়োক্কী নোংপোক। য়াইরং—নোংপোক। লমলেন—লমদম।

মদাইরেম—মনাই। মতুম্না—মকম। খোইমোম—লাই। লাইজা—ঈশিং। ঈমাবা—ঈশিংগী মপু। তুবী—লাইরেন। য়োয়বূ খোইমোম—লাইরেম্মা অথোইবী। ঈমাবী—ঈশিংগী মবেম্মা। খুন্দাবা—খুনতাবা। খূমন লৈমা—খূমনগী মহারাণী। ঙাম্নুম্নোন—ঙামবা শলাই ওইবা মূমনাক্কী চম্নু। নয়ূ—নবুথৌ। তৌনা কৌএ—হায়না কৌএ।

কদৌ নোংগীনো—করি ময়মগীনো। ময়ু—মবুথৌ। তমলেন—ঈশিং অচৌবা।

খোইমোম পোকমাবা, লাইজা ঈমৈ খৈবগী চীংগু মথৌজাম্না পুনশি নোং-শাং কুইববু থোয়না লনকুবিথে হায়বগী য়োইরাংপোক পুনশিবা ও তৌনা কৌএ। নিংথৌ য়োইরাংপোক পুনশিবদি কোল্লোয় মিংথোংগীবু চূনবনে ॥০॥

নবেন নোংয়ায় খুমন লৈমা ঙানবা খুনুং নিংথৌচন্নু ঙাম্বুয়োন য়াইবী—রৈমা পায়মা লিনগোয়গী নয়ু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ কচেং রায়েংমাঙপা—ও তৌনা কৌএ। অদোন কচেং রায়েংমাঙপা কৌবদি কদৌনোংগীনো? নোংচুপ নোংপোক খা-রাং কোথনা পামেন উরুতুপ কোঙয়াঙ মপান য়াম্না নোংয়ায় লমগা হাইএ হায়বগী কচেং রায়েং মাঙপা-ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন কচেং মাঙপদি কোল্লোয় মিংথোংগীবু চূনবনে ॥০॥

নবেন নোংয়ায় খুমন লৈমা মৈতেংঙু পেংশিবা চনু লৈরুম চেংবীও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় খুমন লৈমা লৈরুম চেংবীদি চেংলৈ লম্মহন, লৈচোন মরৈকাই নাইফা থান্‌ফম্ মাঙ, রাংনু লৈমা চিনওনখোং, খাকী লাই-হিংচা মানতক অকাইববু মনু লাইহোইতান্, তীনচা লাইচা থৌ তীনমু লাইমু তানহৈবী, রাংঙমলোন লৈকম চেংবী পায়মা লিনকোযগী নয়ু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ মোংবা খোনবা-ও তৌনা কৌএ। অদোন মোংবা খোনবা কৌবদি কদৌনোংগীনো? পুরেন মপান ফূক, লাংলেন মপান যাম্না মোংবা খুল্লম ইন্না চকমোম মকারাম, কোরৌ নোংবু খোন্না নোংযায় লম তাইখিয়ে হায়বগী নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন মোংবা খোনবা-ও তৌনা কৌএ। নয়ু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ মোংবা খোনবদি কোল্লোয় মিংথোংগীবু চূনবনে ॥০॥

---

নোংয়ায় পোকমাবা খুমন শাংমাববু—খুমন পোকপবু। লোইদাম—থা। কুম—চহী। পুনেমমনগী—খুরুমজমনগী। চীংঙু মথৌজাম্না—লাইগী থৌজাম্না। পুনশি নোংশাং কুইবা—মতম কুইনা হিংবা। অদোন—খুমন। পামেন—উ।

মৈতেংঙু—মৈতৈ নিংথৌ। পেংশিবা—মৈতৈ নিংথৌ (খুঃ ৩১৭—৩৭৪) থুই নিংঙোনবগী মচা নীপা: লাংলেন—বা। মপান—পান্দোং, পাখী। চকমোম—মৈ। নাউথখা—মৈতৈ নিংথৌ—(খুঃ ৪১ —৪২৮)। রাংঙমলোন—মৈতৈ নিংথৌ—চনু।

নবেন নোংয়ায় খুমন লৈমা মৈতেংঙু নাউথম্বা চন্থ রাংঙমলোন লাই-রুমলাংবী কৌবা লাকশঙশা চীংঙু থোংবান রাই, মন্থ লাইহোই তান্না, খোইমোম লাইরী থিহৈএ হায়বগীবু রাংঙমলোন লাইরুম লাংবীও তৌনা কৌএ। রাংঙমলোন লাইরুম লাংবী পায়মা লিনকোয়গী নম্নু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ খোনবা নিংথৌবা-ও তৌনা কৌএ। খোনবা নিংথৌবা-ও কৌবদি কদোনোংগীনো? হাওরৈ নোংপোকলা পাংবরম, থৌবান লাইজা ঈরম ইন্না পূরেন মপান য়ান, খাম্বী মরাঙ হৌ, চকমোম মকায়ামনা কোরো নোংবু খোন্না থৌথাইএ হায়বগীবু নোংয়ায় খোনবা নিংথৌবা-ও তৌনা কৌএ। অদোন খোনবা নিংথৌবদি কোল্লোয় মিংথোংগীবু চুনবনে ॥•॥

নবেন নোংয়ায় খুমন লৈমা মৈতেংঙু লাইরেন নাউফঙপা তীংরি রা-ফোঙলাক লাবা নোংলৈফম কংলা থোন তরেৎপু তানফংবা চন্থ রাংঙমলোন মেৎপী লাইবী-ও কৌএ। মৈতেংঙু চন্থ তম্পা রাংঙমলোন মেৎপী লাই-পী-ও কৌবদি অমাই লাইরী থিনা মেৎপীবা খুৎতম হৈএ হায়বগী রাংঙম-লোন মেৎপী লাইপী কৌএ। মেৎপী লাইপী পায়মা লিনকোয়গী নম্নু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন লাইফেঙবা-ও কৌএ। অদোন লাইফেঙ-বা-ও কৌবদি কদোনোংগীনো? হাওরৈ খানা পাংবরম নোংয়ায় খুনথিগে অদোন খুন কুমগে হায়বগী মদাইরেম চোংমু চোংথাপম চন্থ খাইমু খায়থিপম চন্থ তোঙপোন রাইরৌ থাংনা ফুমথি নাতৈ কাঙবী, লোকলৌ তানলেন হৌবীনা পুংখঙরাইবু নাতৈননা মদাইরেম নোংয়ায় মমাইবনা য়েনবা

---

পায়মা লিনকোয়গী—গর্ভদগী, মপুক্কগী। হাওরৈ নোংপোকলা পাংবা লম—নোং-পোক থংবা মায়পৈ। থৌবান লাইজা ঈরম ইন্না—থৌবাল ফুরেম ফুখুম মচুং ইন্না। খাম্বী—মৈ। অদোন—খুমন, নোংয়ায়। মৈতেংঙু লাইরেন মাউফংবা—মৈতৈ নিংথৌ নাউফংবা (খৃঃ ৪২৮ - ৫১৮)। চন্থ—নিঙোন। অমাই—মাইবা। হাওরৈ খানা পাংবারম—মথাথংবা মায়পৈ। মদাইরেম—মনাই। তোংপোন রাই-রৌ থাংনা—ঙা হাপনবা তুঙ্গোন থাংতুনা। নাতৈননা—মনাক নকনা। সোইপাই—য়েন। শোইতিং—য়েন অমোম। থৌশীখিবা—থৌদাখিবা। খোয়মা নাপ্লোয়ুংদা

সোইপাই অমধা য়েনমোম সোয়তীংবাকা পুনা নোংমায় লম য়েংজুও হায়না থৌশীখিয়ে। নোংমায় মমাইবনা খোয়মা নারোন খুংদা কাইরৈ য়েনাহিং থাম্না লম য়েংলুববু খোয়মা নারোন খুংদা য়েনমোম শোয়তীংমানা মক্কম তম্নামগা থুইএ, মচা তরা মগা পোকএ। অদোন মমাইবনা খিংলৌ নীংমা তেনা মিৎয়েং শানখৈরুববু কাইরৈ পূংথি থেনথী য়েম্না য়াওরৌ শা তোকপা তোকমু মৈশাংবা থোঙলেন লমকাংশা লৈপুং কোইচ্রাউবনা য়াওজগবরা য়াওজা ঙমদে। থীংবাইজম চনু খুসিন চেক অরাইরোকপম চনু মহুরখত্ত কাকলেন সকম্ মুনা মরা চাকচেন্না সারা নাউসোঙনঙমদে। মথিং মাকপা তেনহৈবনা কাপচগবরা কাপচা ঙমদে। নোংমায় ইনিংথৌ অদোন ইবুংঙু তা-ও নোংয়ায় খাথা লাইথা হুইতাউ খোঙথীন অদোন ম্রিমনীং য়িম্মাঙ মনিন নাইনা পানঙৈনে হায়না পাওমেল্লবদা নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন লাইফেংবনা খুমন ফেন্তা লৈকোয়পুং অমু নোংকা পাম্বনা কোরৌ নোংদা কানা লাইজা ঈনিঙৈদা কোরৌ নোংমদোন্দগী থাঙলেন মথূংশূগা খুমু মনৌরোংগা ফেন্থ-রকপবু থাঙলেন মথূংশূনা হান্না কোয়না লংনা ফেন্থরকএ। নোংয়ায়না রাহা-য়না খুমন্না তেংথানা নৌবু তাউতেক ও কৌএ। নৌরোং মথূংশূনা কোন্না ফেন্থরকএ অতু নোংগীবু নোংয়ায় ফেন্তা লৈকোয়পুং তাউতেক কোন্না তা, মরুপ্পী অরাই চীংঙু চম্নুনা লোকলৌপাকোনশানা লাইজা ঈয়া পুংদা নোংয়ায় তীনচা থৌ অদোন লাইচা হোই, তীনমু লাইমু তান্না খোইমোম লাইঈন হৈএ হায়বগী অদোন লাইফেঙবা কৌববু খুমন তাফা থিবনা নোংয়ায় লাইফেঙবা-ও তৌনা কৌএ। অলোইদান ফেংবদি কোল্লোয় মিংথোংগীবু চুনবনে ॥০॥

---

—নাপী মরক্তা। অদোন মমাইবা—খুমনগী মাইবা। মিৎয়েং শানখৈরুবা—য়েং-লুবা। কাইরৈ—য়েন। য়াওরৌ—শা। য়াওজগবরা য়াওজঙমদে—চাথোকখিগন্রা হায়ববু চাথিবা ঙমদে। নোংয়ায়—খুমন। অদোন—খুমন। ম্রিমনীং য়িম্মাঙ—মনীং মমাঙ। মনিন নাইনা পানঙৈনে খুংঙাই য়াইফনা পানগনি। পাওমেল্লবদা—হায়রবদা। লাইজা ঈনিঙৈদা—ঈশিং নিঙৈদা। কোরৌ নোংমদোন্দগী—

নবেব নোংয়ায় থূমন লৈমা ঙানবা খুলুং নিংথৌ চহু শেল্লোয় মথলমা লংমাই মদাইমা রাবা য়েনয়াম থোংনা কাইনা রোকপু অশৈমবী ঙাম্‌রোন কাইরৈমা লিনকোয়গী নয়ু নোংয়ায় থূমন নিংথৌ পুনশি য়ুমোইবা-ও তৌনা কৌএ। অদোন পুনশি য়ুমোইবা কৌবদি কদোনোংগীনে? নোংয়ায় চায়োন য়াম অদোন শূরোন মনিন নাইনা শাল্লিঙৈদা লুংপান হোঙনেম লূরাং নিংথৌ পুনশিবা তাল্লোয় মরুম্বী খয়োয়রোন ঙাম্‌থুম্বীনা মপারি শেনবা মিমাববু শাংনরবদা তাল্লোয় কেংনা রা লুমলেন থম্‌পন্ রাগী লুংপান মরিম-নাকপু নমদা হুম্না মপারি শেনবা মিমাববু শমু নমদা পোনা মপাম নোংয়ায় চাউবা পূংবু ইন্দাল্লকপদা লুংবান শেনবা মিমাবদি মপুম নোংয়ায় চাকনা লৌরায় হুয়ত্র্‌গুম মপোপ চাউ শাবন তিংকোইগুম মনা লেকনা পাখং উরাংমৈ লেপ্তুম চোংনা অচৌ লেপকায়া শাংস্থ লমগুমলবদা লাবা থূমনপু য়াংদৌ শারম লীনা য়াওরৌ শা তানখিববু লুংবান মপা লম, লূরাং মপু্‌লম, মকোই নোংলোন পাই, লেম্পা থায়ান্ লম, লৈত্তেংগু লোইনাই থরান থাবা খোকলাং তা-খোয় পূং তিমেন তাচুম পূংবু নাতৈননা য়াওরৌ-শানাঙৈ, চীরেন তোম্পোকপবু য়াওরৌ শা তুরবদা পনথৌ মপা শাংমাবা হোঙনেম লূরাং নিংথৌ পুনশিবনা মপারি শেনবা মিমাববু চেংলৌ শক খঙদরবগী

---

অভিয়াদগী। থমু—নৌ। কেন্থরকপা—হুম্বরকপা, লংথরকপা। তাউতেক—নৌ। মরুম্বী—মতু! শোল্লোয় মথলমা লংমাই মদাইমা—শেল্লোয় লংমাইচীংগী লমদম অমা। রাবা—উচেক অাং অমা। নয়ু—নবুধৌ। ঙাম্‌রোন—ঙানবা শলাই ওইবা য়ুমনাক্কী চহু। মনিন নাইনা—হুংঙাই মাইকনা। লুংপান—লূরাং। তাল্লোয়—মতু। মরুম্বী—মতু। খয়োয়রোন—থূমন য়েক ওইবা য়ুমনাক্কী চহু, থূমন নিঙেঙান। ঙাম্‌থুম্বী—লূরাংনিংথৌ পুনশিবনা লৌরম্বা থূমন নিঙেঙান। মপারি—মচা নিপা। শেনবা মিমাবা—লূরাং নিংথৌ পুনশিবনা থূমন নিঙেঙান ঙাম্‌থুম্বী পায়তুনা পোকপা মচা, থূমন নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইবগী মথক্তা মহাকনা নিংথৌ ওইখি। শাংনরবদা—মচা পোকনরবদা। নোংয়ায় চাউবা পূং—থূমন লৈপাক। ইন্দাল্লকপদা—য়োননবা লাকপদা। মপুম—মামগী, মমাগী মপামগী। লুংবান মপা লম—লূরাং মপা মপুগী লম। লৈত্তেংগু লোইনাই থরান থাবা—লৈত্তে নিংথৌ

হে ইনোংয়ায়-ও য়াওরো চীরেন তোম্পোকপা শারেন নঙনা কাবা অসিবু সুংবান অয়িমনাক্কা লাক্কা থোক্লায়ান, পামিং পুমিং থানা সুংবান শায়াকোৎ-চঙনগে হায়না পাওমেনঙম্ববু সুংবান শেনবা মিমাবনা হোন্নদা ইয়ু হন্নু মন্নাই কাবা-ও ঐদি য়াওরো চীরেন তোমপোকপা অসিগী শারেন মতীক খঙদে, পল্লেম ইমা পোকমাবীদা অচেন খংলে য়াঙনা পাউ হংলুখিগে হায়না পাওমেল্লমলগা সুংবান শেনবা মিমাবনা পল্লেম মমা খয়োয়রোন ঙান্নখুম্বীদা পাওমেল্লুইএ। পল্লেম ইমা পোকমাবী-ও। নপারি ঐনা য়াওরো শা তান্নু-ববু সুংবান মিয়িমনাক লুব্রাং মশাইকোন, মকোই নোংলোন পাই লমদেং লমলাং লমদা য়াওরো শঙাই, চীরেন তোমপোকপবু য়াওরো শা তুরবগী সুংবান হন্নু মন্নাই কারবা অমনা থৌদু নুংপাকথক্কা ফমনা সুংপান লম য়েংঙাম্বদা শারেন ঐনা ফাবা শা অসিবু সুংবান শায়াইকোৎ চঙনগে য়াও-রো মমল পীগে হায়না পাউথেম্মে। শারেন মতীক খঙদবগী পল্লেম নঙবু ইন্দাল্লকপনে হায়থরবদা পল্লেম মমা পোকমাবীনা পারি শেনবা মিমাবা-ও শঙাই চীরেন তোম্পোকপনে হায়রবদি খোয়মা নারোন সুংগী শারেন মঙাই-রোয়দা লেংতিন্দবা য়াওরো মহীশাংবু শামান্নদবনে। পারি নঙবু সুংবাল নপা লাইনা লনকুখিবনরিঙেনে। অসাইঙেগী থৌদু নুংপাকথক্কা ফমনা সুংপান লম য়েংঙম্বা অদুদি পনথৌ নপা শাৎমাবা হোঙনেম লুব্রাং নিংথৌ

(খৃঃ ১১৭৫—১২৩১)। তিমেন—তা। য়াওরোশানাইঙে—শা তানবা মতমদা। চীরেন তোমপোকপবু য়াওরো শা তুরবদা—পুদাংকোই খুংকোইবনা ওনখিবা শঙাই চীরেন তোমপোকপবু ফারবদা। পনথৌ—মপা শাৎমাবা—মাবু পোকপা মপা। মপারি—মচা নিপা। চেংলৌ শক খঙদরবগী—মশক খঙত্রদুনা। ইনোংয়ায়—ইশু নিপা। সুংবান অয়ুম নাক্কা—লুবাং ঐগী ইয়ুমদা। ইয়ু—ইপু। হন্নু মন্নাই কাবা—হন্নুবা, অহন ওইরবা। শারেন মতীক খঙদে—শা অসিগী মমন মকাপ খঙদে। পল্লেম ইমা পোকমাবীদা—ঐবু পোকপা ইমাদা। অচেন খংলৈয়াঙনা—য়ামনা খুনা চেন্নুনা। নপারি ঐনা—নচা নিপা ঐহাকনা। সুংবান মিয়িমনাক লুব্রাং মশাইকোন—লুব্রাংগী লমদা। য়াওরো শা তুরবগী—শা ফারবগী। সুংবান হন্নু মন্নাই কারবা অমনা—লুবাংগী হন্নুবা নিপা অমনা। থৌদু—নুং। খোয়মা নারোন সুংগী—নাপী

পুনশিবনে। য়াওরো নঙনা ফাবা অতুগী শারেন মতীক ওইবদি নবেন য়ুমোইন্নু অহোঙবী ফুংগা মৈনীং ফমনা য়াংগোইরিবী হন্নু, মিংথৈ পরোঙ শুমনা লাইরেন হৈস্নম শারবী, কপলাক হিকৌশানা শমু খোঙথাং থঙদরিবী, মিংথয়েং উয়োন থীরবী অতুবু খোইমোম হী ওইরবী চীংঙু য়াই ওইরবীনে। অতুবু শারেন মতীক ওইএ হায়না রাহমঙ্গকএ। নুংবান শেনবা মিমাবদি অচেন লোক্লৈ হৌনা নুংবান পুক্সিবদা পাওমেনখিয়ে। য়াওরো ঐগী মতীকনা শারেন মপানবদি নুংবান নয়িমনাক্তা ফুংগা মৈনীং ফমনা য়াং-গোইরিবী হন্নু মাইল্লেকাবী অতুবু শারেন মমল ওইনা পীয়ো হায়জবদা হোঙনেম লূরাং নিংথৌদি তাংজা মরু লূকনা পায়মা উনকোয় নুংদা মতোম নীংথনখিয়ে। নাউরা অথুবা অসিবু ইপারি শেনবা মিমাবা তা আনে। পল্লেম মমা খয়োয়রোন ঙান্নু থুম্বী থৌতীকখোনবু নরিঙৈনে। মাই মৈচীন ওনফরোইএ হায়না পারি শেনবা মিমাবা-ও নয়ু হন্নু ময়াই কারবী অসিবু চীনলেঙ অথীবা মাঙ থানা য়াথং অকায়ববু মাঙয়িন্নদনা, থৌজান মায়ওকননা নপুম নোংয়ায় চাউবা পূংদা য়াংগোইমন্নরুও হায়না লনকুপীঙমলবগী নুংবান শেনবা মিমাবদি নোংয়ায় থূমন নিংথৌ অদোন পুনশিবদা মবেন য়ুমোই-নুগা রাইথুংলরে হায়য়ে। য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা য়ুমোইন্নু অহোংঙ-বীবু নোংয়ায় মপুংয়ায়দা য়াংগোইমন্নরবগী] অদোন লৌরু চাউপোকলে শীংচা

---

মরক্তা লৈবা। শারেন মঙাইরোয়দা লেংতিন্দবা—শা মমায়বা অক্তেগী মরক্তা তিন্দবা। নপা লাইনা—নপা নপু পোকপা লাইনা। পনথৌ নপা শাৎমাবা—নঙবু পোকপা নপা। য়াওরো........শারেন মতীক ওইবদি—নঙনা ফাবা শা অতুগী মমল মতীক চপ চাবদি। য়ুমোইন্নু অহোংবী—লাইরেম্বী অমা। ফুংগা মৈনীং ফমনা—ফুংগা লাইরুদা ফমতুনা। য়াংগোইরিবী—লৈরিবী। নুংবান শেনবা মিমা-বদি—লূরাং নিংথৌ পুনশিবগী মচা শেনবা মিমাবদি। মপানবা—মতীক চাবা। হন্নু মাইল্লেকাবী—হন্নুবী। তাংজা মরু লূকনা—মরু লূকথতুনা, মকোক ময়াই হাই-গত্তনা। পায়মা উনকোয় নুংদা—মপূক মনুংদা। মতোম নীংথনখিয়ে—মথন্না রাথন তৌখিয়ে। নাউরা অথুবা অসিবু—নাহা অসিবু। থৌতীকখোনবু নরিঙৈনে—তাকলকপা ওইরিগনি। মাই মৈচীন ওনফরোই—ঙম্মোই হায়করোই। পারি

কোনখিরে। অহোঙ তানফংলবগী কৈমা য়াংতে হাওদা মানবী লীতংতবা য়ুরেন চাহোঙনরোরে। অদু নোংগীবু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুমোইবা-ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ পুনশি য়ুমোইবদি কোন্নোয় মিংথোংগীবু চুনবনে ॥০॥

নবেন নোংয়ায় খুমন লৈমা ভান্নুরোন পিয়াইরোক-ও তৌনা কৌএ। ভান্নুরোন পিয়াইরোক কৌবদি কদোনোংগীনো ? মশাবি নোংয়ায় খুমন নিংথৌ পুনশি য়ুমোইবগা নোংয়ায় চৎরা হায় খুমন মুরা তেম্মন্না। পাল্লি-ভৈদা অসাইভৈগী য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা য়ুমোইনু অহোঙবী চীংঙু য়াইওইবীবু মনিং খয়োয়রোন ভান্নুথুম্বীগা লোঙনা কাইনা য়োয়না চান্না নাউয়োকমন্নরে, অদু নোংগীবু ভান্নুরোন পিয়াইরোক-ও কৌএ। নোংয়ায় খুমন লৈমা ভান্নুরোন পিয়াইরোক পায়মা লিনকোয়গী নয় নোংয়ায় খুমন নিংথৌ য়োয়থোংভাই-ও তৌনা কৌএ অদোন য়োয়থোংভাই কৌবদি কদো নোংগীনো ? অসাইভৈগী য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা য়ুমোইনু অগোঙবীনা মুংবান শেনবা মিমাববু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ ওইসুনো হায়না লনকুবিরবগী দমক নোংয়ায় খুমন নিংথৌ পুনশি য়ুমোইবদি মশানৌ নোংয়ায় খুমন লৈমা পিয়াইরোকা মপারি য়োইথোংভাইগা ভাইরোয়ননা লোইবী লৈয়ান মপুং-য়ায়দা থৈনা য়াংগোইখিরে। খয়োয়রোন ভান্নুথুমবীগী মপাব্রি শেনবা মিমাবনা নোংয়ায় খুমন নিংথৌ ওইরে হায়দবরা ? অসাইভৈগী লোইবী

—ইচা নিপা। নয়—নবেম্নৌ। হয়ু ময়াই কারবী—হয়ুরবী। চীনলেঙ অথীবা—খোম্না থীবা। নপুম নোংয়ায় চাউবা পুংদা—নমাগী মপাম খুমন লৈবাকতা। য়াংগো-ইযরক—লৈখিরক। লনকুপীভমলবগী—থৌজানবিরমলবগী। অদোন পুনশিবদা—খুমন নিংথৌ পুনশি য়ুমোইবদা। বায়থ্ংলরে—থ্ংলরে, য়ৌরে। নোংয়ায় মপুং-য়ায়দা—খুমন লৈবাক্তা। লৌক চাউপোকলে—ছংঙাই য়াইকনা পাল্লে। য়াংতে—কৌ থমনবা কৈ। মানবী—শল। খুমন মুরা তেময়না খুমন লৈবাক য়ায়েন জৌ-বিরদুনা। চীংঙু—লাই। য়োয়থোংভাই—খুমন নিংথৌ পুন্সিবা য়ুমোইবনা ভান্নুরোন পিয়াইরোক পায়দুনা য়োয়থোংভাই পোকই। মুংবান শেনবা মিমাবগী মথংদা

লৈয়ান মপূংয়ায়দা য়াংগোইখিরবা নিংথৌ পুনশি য়ুমোইবদি পল্লেম্পা—খোয়রেনগী কোরৌ নোংগাখিরে। নোংয়ায় খূমন লৈমা পিয়াইরোকমা লোইবী লৈয়ান মপূংয়ায়দা চেঙনা য়াংনা ঈবাকনা, শীংমা য়াংনা থম্লোয়া চৈরেং অয়িন তাম মাল্লৌ অশেং য়াং চানা ঈরুকৌ লোকলৌ পরৈ তং কোরৌ থোইনা য়েংনা নোংথোইরিঙৈদা থোইমোম লাইয়িংথৌ নোংয়ায় পোকমাবা খূমন শাংমাবা ময়নকুবু ঙাইনবা মপারিবু য়োয়না চাম্না য়োকএ। অসাইঙৈগী হুংবান শেনবা মিমাবস্তুও মনোং নোংশীং শুরবগী চীংঙু পন্দন-খিরবদা থোইমোম নোংদমখোনগী নোংয়ায় য়োয়থোংঙাইবু লোইবী লৈয়ান মপূংয়াযদগী নোংয়ায খূমন নিংথৌ ওইনবা মপন নোংয়ায় খূমন লৈমা পিয়াইবোকনা মপারিবু লোইবী লৈযান মপূংয়ায়দা নোংয়ায় পোকমাবা খূমন শাংমাবা অদোন মপা লাই খূমন মপু লাইগী থোইমোম ময়নকুবু ঙাইনা য়োয়না চাম্না নাউয়োকমনগী নোংয়ায় খূমন নিংথৌ ওইরে হায়দবরা ? অত্থু নোংগীবু নোংয়ায় খূমন নিংথৌ অদোন য়োযথোংঙাই-ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় খূমন নিংথৌ অদোন য়োয়থোংঙাইদি কোল্লোয় মিংথোংগীবু চূনবনে ॥০॥

নবেন নোংয়ায় খূমন লৈমা, ঙানবা খূম্লুং নিংথৌ চম্লু ঙাম্বুরোন কাই-রৈমা-ও তৌনা কৌএ। ঙাম্বুরোন কাইরৈমা থোবান কাইনা ঈমরু শেল্লোয় মথুনেং ন্‌ংমাই মকাইফম য়াবা য়েনয়াম খোংবা কাইনা লোকপু অশৈনবা

---

মহাকনা খূমনগী নিংথৌ ওইখি। লনকুবিরবগী—চানবিরবগী। মশানৌ—মতু, মনাউ ইবেম্মা। লোইবী—চীং। মপূংয়ায়—লমদম। থৈনা য়াংগোইখিয়ে —নাথৈত্থনা লৈরে। লৈয়ান মপূংয়াযদা য়াংগোইরিবা—লৈয়ান্দা লৈরিবা। পল্লেম্পী থোয়রেনগী কোরৌ নোংগাখিরে—থোয়রেন য়োরত্থনা পুনশি চেঙজেন লোমগ্রে, শিগ্রে। চৈরৈ অয়িন তাম মাল্লৌ অশেংয়াং—শেংনা ইয়বা কি লৈতনা। নোংথোইয়িঙৈদা—মতম লেন্দুনা লৈয়িঙৈদা। নোংয়ায় পোকমাবা খূমন শাংমাবা ময়নকুগীবু—খূমন পোক-পগী থৌজান্দগী। মনোং নোংশীং শুরবগী—মাগী হুমিংশুবত্থনা। চীংঙু পন্দম-খিরবদা— শিগ্রবদা। অদোন য়োয়থোংঙাই—খূমন নিংথৌ পুনশিবা য়ুমোইবগী

চহু ঙাম্‌ৰোন কাইরৈমা পায়মা লিনকোয়ৰুংগী নয়ু নোংয়ায় খুমন নিংখৌ হাওরমতোন য়াংবা কাইবা-ও তৌনা কৌএ। অদোন য়াংবা কাইবা কৌবদি কদৌনোংগীনো ? মশাবি হাওরম অহনবগা হাওরম নীঙ্গোয় য়ায়মথগা হাও-রমতোন অতোনবগা মাখোয় অহুম্মাপু নোংয়ায় হৌমন্না অদোন কামন্না খোমলাং পীশিনমগী চাউখোং খোকলোয় কানবু ফামানয়ে হায়দবন্না ? নোং-য়ায় চাউবা লেপকান্না অদোন শাংবা লমঙমলবদা ময়িম হুংবান কাক্তেক সোকনাইবনা খুরোয় হাওরা লমলাংদোংদা লোয়ন্না নিন্দুম নিন্ হুংবান মন্নাঙ হৌনা হোঙনেমঙৈদা অহোঙ কুম্মৈ য়েংলুগে হায়বগী পল্লেম মমা ঙাম্নুরোন কাইরৈমানা মপারি অহুম্মক্তা নাউথেম লীক, চীংপা উতংপোক্কী পামেন নানপ উতোনথক্তা পানবা লীক, পাশিথীংপারাপা শোয়শেনবগী য়াংলৈ তাউবা মহুয় চানা লাইজা ঈরোম্নংদা লীকলাং মমি উনা খোংখৈ লীক, তাল্লোয় মরুস্বী চাউবী নোংনং মচন্না লীকতাক লীক, পাশি থেবা লীকনম্বনা পামেন নানপ উত্তোনথক্কী হেকপা লীক, থাপা ঙাক্কোয়লীকপু হাওরম অহনবনা থাপা ঙক্কোয় হেন্না লোনলোয় কুম্মৈ য়েংখিববু মশানৌ হাওরমতোন অতোনবনা লীকলাং ন্নারোঙনা থাপা ন্নাচৌনরবগী থাঙলেন মখুৎশূনা অচেন থংলৈযাঙনা লমলেন মদাইমা খুরোয় পাথিংপা কোন লাই তোঙশং ঈদা মশাবি হাওরম হনববু থাঙলেন মখুৎশূনা য়ানহৎলে। অহু

---

মচানিপা নিংখৌ য়োয়খোংঙাইনা ঙাম্নুরোন কাইরৈমা পান্নহুনা। হাওরমহনগ হাওরম-নীংগোয় য়ায়মগা হাওরমতোনগা মচা নিপা অহুম পোকখি। হাওরম অহনগী খারাদি খোয়দিংজম অমস্তুঙ য়াংলেমনি। হাওরম নীংগোয় য়ায়মগী ঈদি ১। থেঙ্জম, ২। পুখ্রেম, ৩। ফাইরেঙ্গম, ৪। লাংলেনহনবম, ৫। চান্দম ৬। তৌ রম অমস্তুঙ ৭। পাংগৈজমনি। খুরোয়—ওয়নামদগী নিংথৌখোং ফাওবদা লৈবা লমগী মিং। লমলাংদোং—লম্মাংদোং, বিষ্ণুপুর। হোঙনেমঙৈদা—কুম্মৈ তৌঙৈদা। মপারি অহুম্মক্তা নাউথেম লীক—মচা নিপা হাওরম অহন, হাওরম নীংগোই য়ায়মা, হাওরমতোন অহুম্ থেম্নবা লীক। চীংপা উতংপোক—লম অমগী মিং। পামেন—উ। নানপ —উ জাৎ অমা। য়াংলৈ তাউবা—হুয়। লাইজা ঈরোম্নংদা—ঈশিং মঙ্গুংদা। থাপা ঙক্কোয়হেন্না—মঙক শমদা শিন্দুনা। মশানৌ—মনাউ নিপা। লীকলাং

নোংগীবু নোংয়ায় হাওরমতোন অতোন য়াংবা কাইপা থাওয়ান কনবা, লীক লাং ওক্তোয়রোকপা থাপা লীকমুন থোবা-ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় খূমন নিংথৌ হাওরমতোন য়াংবা কাইবা থাওয়ান কনবদি কোল্লোয় মিংথোংগীবু চুনবনে ॥০॥

নবেন নোংয়ায় খূমন লৈমা ঙান্নুরোন থোংঙাইবা চন্নু-ও তৌনা কৌএ। ঙান্নুরোন থোংঙাইবা চন্নু পায়মা লিনকোয়গী নযু নোংয়ায় খূমন নিংথৌ অদোন মেনপোমপা-ও তৌনা কৌএ। অদোন মেনপোমপা কৌবদি অচৌ লেপফাদা শাংবা লমঙমদব্রিঙৈ পনথৌ মপা শাৎমাবা নোংয়ায় হাওরমতোন লৌথীববু মনোং নোংশীং শুরবগী কোয়ৌ নোংগাখিরবদা মবেন নোংয়ায় খূমন লৈমা ঙান্নুবোন কাইরৈমানা ইনোংয়ায় অচাউ লেপফাক্রিবা অসিবু নোংয়ায় ইরান য়ুমমথৈদা পুদনা নাউযোকলগে হায়তুনা মরান য়ুমমথৈদা নাউয়োকখিয়ে, অদু নোংগীবু নোংয়ায় মেনপুবা কৌববু অদোন তাফা খিবনা নোংয়ায় খূমন নিংথৌ অদোন মেনপোমবা-ও তৌনা কৌএ। অদোন মেন-পোম্বদি কোল্লোয় মিংচুনগীবু চুনবনে ॥০॥

নবেন নোংয়ায় খূমন লৈমা ঙান্নুরোন মচেঙ পাচামা কাইরৈ য়েল্লুমানে। ঙান্নুবোন থোংঙাইবা চন্নু পায়মা লিনকোযগী নযু নোংয়ায় খূমন নিংথৌ থোঙলৈরোম-ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় থোঙলৈরোম কৌবদি

---

বারোংনবা—লীক্তী মমক বা থোকনবা। থাংলেন মখুৎশুনা—মহাক্তী খুৎশু থাঙনা। য়ানহৎলে—য়ানথৎলে, কমলে। হাওরমতোন—খূমন নিংথৌ য়োয়থোংঙাইগী মচা নিপা হাওরমতোন্না লীকলাংগী বাহৌদগী ময়াম্বা অহন হাওরম অহনবু থাঙনা কক্কুনা হাৎখি। মযাম্বা অহন শিরবদা হাওরম নীংগোই য়ায়মনা মনাউ নিপা হাওরম-তোনগা ভিন্ননিংদতুনা মোইরাংদা চংতুনা শাইদাংখি। য়োয়থোংঙাইগী মথংদা হা-ওরম তোন্না খূমন নিংথৌ ওইখি। ঙান্নুরোন—ঙানবা শলাই ওইবা য়ুমনাক্তী নিং ঙোন। থোংঙাইবা চন্নু—থোঙাম নিঙেঙান। অচৌ লেপফাদা শাংবা লমঙমদরিঙৈদো —চাউরক শাংলকক্রিঙৈদা। পন্থৌ মপা শাৎমাবা—মাবু পোকপা মপা। মনোং —মাগী মুমিং। কোয়ৌ নোংগাখিরবদা—শিরবদা। থোঙলৈরোম—খূমন নিংথৌ

পন্নেম মপী খোয়রেনগীবু লমচায়ফদনা তাংজা মরৈতোনবু লৈতোন খুথি-য়ামনা নোংয়ায় থৌথাইএ অদোন য়ায়েল্লে হায়বগী নোংয়ায় খূমন নিংথৌ অদোন থোঙলৈরোম-ও তৌনা কৌএ। অদোন থোঙলৈরোমদি কোল্লোয় মিংথোংগীবু চুনবনে ॥০॥

নবেন নোয়ায় খূমন লৈনা ঙান্নুরোন খায়থীপা চহু কংলৈ মদাইমা তেল্লোং লম্মপাকপু অশৈনবী পায়মা লিনকোয়গী নয়ু নোংয়ায় খূমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্গাইবা-ও তৌনা কৌএ। অদোন চীংখোঙ থোঙ্গাইবা-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো ? ময়ু নোংয়ায় শাৎমাবা খূমন পোকমাবা লৈন্নুং পোইনাউতোন অতোনবা চীংপুরোই তমপু কোন্না লাংওল্লকপা খূনবী পোংমহন চীংখোঙ পোইরৈতোনগী কোল্লোয় মমিংথোংবু মৈনা য়ায়না মিং থোংএ হায়বগী চীংখোঙ থোঙ্গাইবা-ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় খূমন নিংথৌ অদোন চীংখোঙ থোঙ্গাইবা থায়াঙ মথৌমন চুংশেনময়ান ওন্দি হাওরৈ নোংচূপলা পাংবরম খূরোয় হাওরা লমলাংদোংদা য়াঙনবা, নিংথৌ ফাল্তেক শোকনাইবনা নোংয়ায় খূমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্গাইবগী মমোম খয়োয়রোন হাওরৈমা শাফাবীবু লুংবান ময়িম নাক্তা কাওচানববু লোইদাম থাশিরা লাংহৈ কুম ওল্লবগী নিংথৌ কাল্তেক সোকনাইবনা খূরোয় হাওরা লমলাংদোংদা লোনলোয় হোঙনেমগে হায়না লোয়য়া ঙান্দুম ঙান্না হোঙনেমঙৈদা মমান নোংয়ায় খূমন নিংথৌ চীংখোঙথোঙ্গাইববু কোল্লোয় মিংনা হেনএ অহোঙ লানমিং থানগে হায়না

---

মেনপোম্বনা ঙান্নুরোন থোংঙাইবা চহু পান্নদুনা পে.কই।

লমচায়ফদনা—শোয়বা য়াদদুনা। তাংজা—লৈ। নবেন—নবেল্থৌ। কংলৈ মদাইমা—কংলাগী লমদম। অশৈনবী—মতীক মগুন থাদুনা শকপী। ময়ু—মবুথৌ। নোংয়ায় শাৎমাবা খূমন পোকমাবা—খূমন পোকপা। লৈন্নুং পোংনাউতোন অতোনবা—পোইরৈতোন। কোল্লোয় মমিংথোংবু—মমিংবু। মৈনা য়ায়না—মথৎ মথৎ। থায়াঙ মথৌমন চুংশেন ময়ান ওন্দি—তৌবা ঙম্বা মতীক মথৌনাদি। হাওরৈ নোংচূপলা পাংবরম—নোংচুপ মায়গৈ। য়াঙনবা—য়ায়েনবা। মমোম—মচা মুপী। কাওচানববু—থাজববু। লোইদাম—থা। লাংহৈ কুমওল্লবগী—চহী ওল্লবগী।

শংলৌ থৌরাঙলবগী ইশানৌ মুংবান ফান্তেক লৈমা—ও লোনলোয় ইখোয়না হোঙনেম্বা অসিবু ইমান নিংথৌ নোংয়ায় খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্‌রাইববু মুংবান কূম্মৈ য়েংলা-ও হায়রু-ও হায়না পাওমেল্লবদা মমোম হাওরৈমা ফান্তেক সোকলাই লৈমনা ইপন পম্থৌ নিংথৌ নোংয়ায় লৈমাবা-ও মুংবান শেল্লৈপাক ফানতেক নঙাইরেম্মা অহোঙ কূম্মৈ য়েংলা-ও হায়না পাওমেল্লুরবদা নোংয়ায় চৈরৈ মকা ফোং মুংবান মীমাঙ হেম্মা মুংবান মরান-য়ায়দা রাইথুংলববু ফান্তেক শংলৌ মথৌরাঙ য়েল্লাং মঙমদম্বু মাল্লংনোংহুম পাউগুম নাতারবগী মমোম হাওরৈমানা মপনবু চেংলৌ-শক উরবদা থাঙয়ি খোংচরোংবা মগুমখঙ, রাকনা মানবী থেংথা সূম, সূমলেন মায়পাকপম্মা সরারায়রৌ পাম্বা মম্নশূকনা শূকমু লৈতম ফেন্ য়ামবী মায়ঙৌ তানঙম্বদা সূমপন তেরান শৈবু অশৈ তেংথাননা মীগী মচা লমলানবা মমোম অমা কুয়রবদি মীরমপাতা থাচায়ে মীরাই তামতা কাওচানয়ে। নমোম শিতানুপীনা হৈরাঙ খুত্তা শূনা খমলৈ পাউথেম হৈবীগা থংলেন রাতমথীবগা মুংওন পূকনীং মান্নৈনা লৌথুপ পরৈ অচেংপা পূকনীং ফিরোন মুংগী উনবী খঞ্জিন হৈবনা রাকয়ৈ ঈফাই চনহন্দা তোংজেং হি উপ লৈহন্দনা কোয়ৌ

---

হোঙনেমগে—কূম্ম তৌগে। কোল্লোয় নিংনা হেল্লে—মনিং চংপনা হেল্লে। ইশানৌ—ঐগী তাল্লোয়। ইমান—ইকু। মমোম—মচা নূপী। হাওরৈমা ফান্তেক সোক-লাই লৈমা—খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্‌রাইবগী—মচা নূপীনি, লম্মাংদোংদা পাল্লম্বা মুংবান ফান্তেক সোকনাইবদা ওঙবনি। ইপন পম্থৌ নিংথৌ—ইপা নিংথৌ। নোংয়ায় লৈমাবা—খুমন নিংথৌ। নোংয়ায় চৈরৈ মক ফোং—খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্‌রাইবনা মফি মরোল ফজনা শেত্নুনা। মরানয়ায়দা—ময়ূমদা। ফান্তেক শংলৌ মথৌরাঙ য়েল্লাং মঙমদম—মুংবান ফান্তেক সোকনাইবগী খুজিন থৌরাঙ। মাল্লং নোংহুমপাউগুম—তোকঙাগুম। মপনবু চেংলৌশক উরবদা—মপাগী মশক উরগা। থাঙয়ি খোঙচরোংবা—চেংলৈগী নিংথৌ থাঙয়ি খোংজে়াম্বা। য়াম্বী মায়ঙৌ তানঙম্বা—চেঙ চোইরম্বা। সূমপন তেরানশৈ—ফোগু ঈশৈ। লৌথুপ পরৈ অচেংপা—অয়োনবা পূকনীংগী রা। রাকয়ৈ ঈফাইচনবা—ঈশিংনা হি লাকপা। তোংজেং—হি। কোয়ৌ নোংম্বিন চেকনা—নোংম্বিন কোবা উচেকনা। থবায়

নোংয়িন চেকনা কোঙ্গোই লাং খঙবগুম থরায় লাইশেংজখিও হায়না মযোম হাওরৈমানা হুম্বন তেরানশৈবু ফৌগু তেংথা শকঙম্ববু নাতাব্রবদা নোংয়ায় খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্গাইবদি উনবী লৈনিঙশিংনা তরা খুৎপুনমাবু য়াম হুক্কা, রাংলৈ অয়াকপা হাওদৈ অথুম্বসুঙ য়ামনা য়োংদা নোংয়ায় মরৌ লৌনা হৈনা মুংবান পূকনীংথন ফাস্তেক মীরৌ য়েংনা নোংহামলিডৈদা মম্বিম ফাস্তেক লাল্লোয় তরেৎমকপু থৌশীখিয়ে। লোনলোয় লমথাঙমা খোয়মা নারোন মুংদা লাংফম কাকুপ চম্না তাঙচাকুম লমফমহল্লে। নোংয়ায় লৈমাবদি মুংবান মম্নানয়ায়গী থিংলৌ নীংনা তেনা ওন্দেরকপদা চেকলা থৌরৈ রাপ্রেকনা হুয়েন লানথোঙম্মে। অদোন চীংখোঙ থোঙ্গাইবনা মরৌ লৌনা হৈনা নোংয়ায় কোনখৈ মনাশি, শায়াঙ মতানশি, কোল্লোয় মখুৎশিং খোয়নৌ মরাংমৈসু পাংমা পাংমবু শঙতিং কিশিনুংদা শানথুপখিয়ে। রায়রা তেনকাথোং, লকা তেনমৈ লাক কপলাকশেংশৌননা রাহমখিয়ে। লাংলেন কোঙয়াং রাতোন থক্কুগী থৌরৈ রাপ্রেক নঙবু চেকলা রাচুম্নগে। ঐসুঙ নোংয়ায় খুমন নিংথৌ থায়াঙ কোন্দাইলোনবা মহাকনে। খমলোয় মরাস্তাক লোল্লোয় মরৈকায়না পস্থেংঙমডৈনে হায়রবদি পোনবী নঙবু শারক থীংনা কাপথগে হায়না রায়রা তেনরায়থখিববু থৌরৈ রাপ্রেক্কা লাংলেন কোঙয়াং রাগা তুনা লেংলে হায়দবরা? মুংবান লান লুমঙম্বা ফাস্তেক লাল্লোয় তরেৎ মকনা চেংলৌ মিৎথিৎলবগী ঈশা তুগুম তুগাচুংনা শোংকিনরিডৈদা নোংয়ায়

লাইশেংজখিও—নথরায় হিংননবা হোৎনখো। ফৌগু তেংথা শকঙম্ববু—ফৌগু ঈশৈ শকলম্ববু। উনবী লৈনিঙশিংনা......য়োংদা—খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্গাইবনা মপূকতা বাথন তৌদুনা চাক য়ামনা চাপ্রে অমসুঙ মুসু থরদা মথকলগা। মরৌ লৌনাহৈনা—মরৌ তৌদুনা। নোংহামলিডৈদা—ঙাইদুনা লৈরিডৈদা। থৌশীখিয়ে—নেকখিয়ে। নোংয়ায় লৈমাবদি—খুমন নিংথৌদি। লাল্লোয়—লানমী। ওন্দেরকপদা—হল্লকপদা। কোনখৈ মনাশি—মনাদা য়ানবা নায়িন। শায়াঙ মতানশি—মপাম্বোমদা শিবা তাল। পাংমা পাংমবু—নাম্মা নাম্মবু। শঙতিং কিশিনুংদা শানথুপখিয়ে—মফিনা কিশি কিদুনা খঙহন্দনা থমপ্রে। রায়রা তেনকাথোং—তেংগা থোংডুনা। রাহমখি—রা হায়খি। লাংলেন কোঙয়াং রাতোন থক্কুগী

খূমন নিংথৌ অদোন চীংখোঙ থোঙ্গাইবনা ফাম্তেক শংলৌ মখোৈরাঙ য়েল্লাং মঙমদম অয়োনববু চেংলৌ মিংথিংলবগী নোংয়ায় ঐবু খোয়মা নারোন মুংদা লাংফম ফমনা ঙাইখমলিবা মুংবান লাল্লোয় তরেৎমা নঙখোয়বু থোক-লকও। ফাম্তেক মনিংথৌনা নোংয়ায় কোল্লোয় ইমিংথোংমুঙ, য়েনপঙ হী-চন্না লাকথা লানমিং থানারৌরে। খোয়নৌ ইরাংমৈগা শায়াঙ ইতানশি কোল্লোয় ইখূৎশি রায়রং কোনথাং ইনাশিমুঙ পাংমা পাংমা খামলৌরে হায়না পাউ কৌথোকলবদা ফাম্তেক লাল্লোয় তরেৎমামুঙ খোয়মা নারোয়্মুংগী তিমেন খূত্তা শূ মরোং ঙক্তা হুকনা চোংথোকলকলে। নোংয়ায় খূমন নিংথৌগা য়োয়চান্নরকলবদি নোংয়ায় নরমখৈবু ইন্দানখিরো হায়না পাওমেন্নরবগা নোংয়ায় খূমন নিংথৌমুঙ মরৌ লৌনা হৈ, মপাউ ওইনা নম্না লৌথুপ পরৈ খঙহন্দনা মতোম থরায় লাইশেংচরকএ হায়দবরা ? ময়িম মুংবান মনিংথৌ ফাম্তেক সোকনাইবনা ইমান নোংয়ায় খূমন নিংথৌদি মুংবান ঐবু তাংজা মরৈতোরা কয়ম নমলশনৌ হায়না মুংবান পূমনা হুপনা হুয়েন লানতান্ন-কপবু অদোন চীংখোঙ থোঙ্গাইবদি হাওয়েন য়াংগোই ঈবু লানঙমলবগী ফাম্তেক জকলৌ শিদংশোন্না হনরাইখিরে। নোংয়ায় খূমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্গাইবনা রাইবী কনহৌনীক তিল্লাং মখোয় শাউনা হয়েং লোইদাম থামা ওল্লবদা নোংয়ায় পূমনা হুপ অদোন পাকনা তাইনা চূংলোং ঙক্তা হুক খেরে

---

থৌরৈ রাপ্রেক—রাতোন্দা তোংলিবা রাপ্রেক কৌবা উচেক। রাচুমনগে—সাক্ষী য়েংগে। থায়াঙ কোন্দাই লোনবা—থৌনা কবা। পঙ্খং ঙমডৈনে—লান ঙমডৈনে। চেংলৌ মিংথিংলবগী—উরবগী। শোংকিনরিঙৈদা—কিনা লৈরিঙৈদা। খোয়মা নারোয়্মুংদা—নাপী মরক্তা। ঙাইখমলিবা—ঙাইহুনা লৈরিবা। লাল্লোয় তরেৎমা—লাল্মী তরেৎমক। মনিংথৌনা—মখোয়গী নিংথৌনা। পাংমা পাংমা খামলৌরে—অমমম খামহুনা থমহৌরে। পাউ কৌথোকলবদা—থারকও হায়না কৌথোকলবদা। তিমেন খূত্তা শূ মরোংঙক্তা হুকনা— মখুত্তা তা পায়হুনা মঙক্তা চুং য়াম্মুনা ( হুক-চিন্মুনা )। য়োয়চান্নরকলবদি— চান্নরকলবদি, য়ানরকলবদি। নোংয়ায় নরমখৈবু ইন্দামখিরো—খূমন নহাক্কী নরম য়ৌনবা চৎপ্রো। লৌথুপ পরৈ খঙহন্দনা—মাগী মরৌ অহু খঙহন্দনা। ইমান—ইকু।

মাঙয়িন্না খোকলাং লেঙ্গা থোংনা হাওয়েন য়াংগোই ঈবু ফৈনা শম লোয়ন্না ঙমলোম্নবা মুংবান ফান্তেক মরাঙ হৌনা পানবা পুংদা নোংয়ায় খূমন নিংথৌনা অদোন মথিনাইনা খোঁশাথরবদি ফানতেক য়াগা চাইরে। মৈবী তানকোই পাইরে, মৈখু নোংলোনকা শায়পু মৈতান পক, চৎলম ফানশাংথুমনা পঙ্হং থরে। লোনলোয় খমলোয় ঙমলে। হুয়েন লাম্নিগিদি খমলোই অহোংবা লোম্লোই অচাউববু কাইনা হুল্লে। অতুনোংগীবু নোংয়ার খূমন নিংথৌ অদোন চীংখোঙ থোঙ্গাইবা নুংবান ফান্তেক ঙম্বা, লোমলোয় খমলোয় চাইবা, খনলোয় অহোঙবা লোনলোয় অচৌববু কাইনা হুনবা – ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় থায়াঙ মথৌমন চূঙশেন মরানওন্দি অতুস্নুঙ মদোমদে। হাওরৈ থানা পাংবরমগী লোকখা মনিন নাই, হাওখা তানদনা পানবা পুংদা চংনিং লীকপানলোইবু ময়িম কেগে মোইরাংদদি চংনিং পরেং মরি হাএ। অয়িম নোংয়ায়দদি মঙা হাবা য়াগী ময়িম কেগে মোইরাং উরা ঙাংঙোইবনা লোকখা হাওখা মনিন নাইববু রাতাথীখিয়ে। নোংয়ায় খূমন্দদি পরেং চোনগা চোনবা মথক্তা পরেং মঙা হায়ে। কেগে ইখোয়দদি কৌগা কৌবা মথক্তা পরেং মরি হাই হায়না চংনিং লোইপোৎপু পাউ য়াদনা লংথোকলবগী লোইবী লোকখা মনিন নাইবা হাওখা তানদবনা ময়িম নোংয়ায়দস্নুঙ কেগে মোইরাংদস্নুঙ চংনিং লোইহাররোই হায়না রাকল্লবগী চংনিং পরেং লীকপু মাল্লেম লৈদা তৌনা ফুমললে, লৈতৌ লম্মহন ফুমলেন লৈময়ায়-ও

তাংজ। মরৈ তোম্না—মাগী লৈতোম্না। পূমনা হুপনা—ময়াম তিন্দুনা। হাওয়েন য়াংগোই ঈবু লানঙমলবগী—য়াংগোই তুরেন লানখিরমলতুনা। তকলৌ শিদং শোম্না—তকশি শোম্না শোম্না। হনবাইখিরে—হনখরে। য়াইবী কনহৌনীক তিল্লাং মখোয় শাউনা—খোয়দৌ শাউগৎনা। নোংয়ায় পূমনা হুপ অদোন পাকনা তাইনা—খূমন ময়াম হৌহুনা। মরাঙ হৌনা পানবা পুংদা—মুংঙাই য়াইফনা পানবা লমদা। খোঁশাথরবদি—লান্দারবদি। ফানতেক য়াগা চাইরে—ফান্তেক লৈবাক কায়রে। কাইনা হুনবা—লান্দা ঙম্বা। থায়াঙ মথৌমন চূঙশেন মরানওন্দি—মতীক মথৌনাদি। হাওরৈ - মায়গৈ। লোকখা হাওখা—মণিপুরগী মথা মায়গৈদা লৈরবা লম অমা। কেগে—মোইরাং। চংনিং—ঙক্তা পরেং লেংহুনা শিনবা চংনিং পাঙ্বীগী মহৈ। পরেং মরি হায়ে—চংনিং লীক পরেং মরি লোই হাই। অয়িম নোংয়ায়দদি

থোরৈএ। চংনিং লোইছাপোৎপু লাংহৈ কুমকাউজবগী মহিম কেপে মোইরাং নিংথৌ উরা ঙাংঙোইবনা রাকয়ৈ হিমৈবা তোংএ। নোংয়ায় চীংখোঙ থোঙ্‌াইবনা তোংচেং লাংমৈপা তোংনা লোইবী হাওখা থেংময়ে। লোকখা মনিম নাইবদি অদোম মথিনাইনা পম্বেংথরবগী হাওখা য়াগা চাইরে মরান খুম্বী মৈমাঙচন হুয়েন য়াইশীং মৃৎনা উপাক লুখম য়িম্বু চৈশৌ নম্পাক ময়োম হু, হুমতাং য়াঙবী থং, শায়পু মৈতান পকনা পম্বেংলে। হুয়েন লাম্নিঙিদী হাওখা নিংথৌ তানচেং পাথংবগা মরুম্বী শেকমু আরোঙআগা হুয়েন লানপূম অনীমকপু কাইনা হুলে। অছু নোংগীবু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন চীংখোঙ থোঙ্‌াইবা লোকখা পাম্নতান্নবা হাওখা য়াগা চাইনা চংনিং লোইকা তানবা হুয়েন লাম্নিগীদি তানচেং চামায় ঈপাপু কাইনা হুনবা-ও তৌনা কৌএ। চীংখোঙ থোঙ্‌াইবদি কোল্লোয় মিথোংগীবু চূনবনে ॥০॥

নবেন নোংয়ায় খুমলৈমা ঙানবা খুনুং নিংথৌ চহু চীংয়ায় ঙাহুয়োন পায়মা লিনগোয়গী নয়ু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ শিয়ারোঙ-ও তৌনা কৌএ। নিংথৌ শিয়ারোঙ-ও কৌবদি কদোনোংগীনো? নোংয়ায় খাথা হৌ, খুমন লাইথা ভিম্না হাওরৈ খানা পাংবা লম তুরেন মোংবা তুখুন ইন তোরৈ নামশাং শীংনা রাকয়ৈ তেংমায় থক্তা লোঙলেন খুত্তা শূনা লেমলৈ

খুমন ইরৈবাঙদি। উরা ঙাংঙোইবা—মোইরাং নিংথৌ লাইকাচেংগী মচান। মহাকনা পানবা মঙমদা লোকখা হাওখা ঙমখি। নিংথৌ অসি মোইরাংদা চহী ৫৫ পানখি। রাতাথীখি—মুংঙাইখিদে, মলোম থমখি। লংথোকনবা—লৌত্রবা। রাবন্নবা য়াত্রবা। মালেমলৈদা—লৈপাক্তা।

লাংহৈ—কুম, চহী। রাকয়ৈ—হি। রাকয়ৈ হিমৈবা—মোইরাং নিংথৌ উরা ঙাংঙোইবগী হি। তোংচেং লাংমৈ—খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্‌াইবগী হি। থেংমরয়ে—লান্দামিরৈ। য়াগা চাইরে—কায়রে। কাইনা হুলে—লান্দা ঙমলে। হুয়েন—লান। মরুম্বী—মতু।

খুমলৈমা—খুমন মহারাণী। শিয়ারোঙ—খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্‌াইবনা চীংয়ায় ঙাহুয়োন পায়তুনা পুরান খুনৌশিবনে, নিংথৌ শিয়ারোংনে, থোংহুয়ে,

ঙাভারুবদা চেকলা ঙারাইথৌ লৈকু য়াহিপ্পা লৈরাই য়াতাবা শোয়রেন খারায় চাংদোন থক্তা লেমলৈ ঙারাইচেক থৌদু নুংমু শিদবগী তাঙজা লুরেন থক্তা য়াহিপ্পা চেকপু লোঙলেন খুত্তা শু ঙাতেন লোঙয়াই ওইবা লেমলৈ ঙাতুরোঙ শারেন শাতুরোঙবু লোঙলেন খুত্তা শূনা থিনফুরৌএ। সরা ঙারাইথৌবু য়ামনা ফায়ে। মপারিস্থঙ য়ামনা শাংলে, অহু নোংগীবু নোংয়ায় খাথানা অদোন লাইথানা নোংয়ায় শোইয়ামপা নিংথৌ শীয়ারোঙ-ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন শীয়ারোঙদি কোল্লোয় মিং-থোংগীবু চুনবনে॥০॥

নবেন নোংয়ায় খুমন লৈমা রাংঙমলোন থোংঙাইথোঙ লিনপান য়োয়নাউহন নাউহন অহনবা হৈরী লীশীং নেনবা, থোইচীং লুপাঙ চাইবা চহু তাকনা লমথোনবী রাংঙমলোন থোংঙাইথোঙ পায়মা লিনগোয়গী নম্বু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন চেকয়াম্বা-ও কৌএ। খুমন চেকয়াম্বা-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো? হাওরৈ নোংপোকলা পাংবরম কোয়রেন লম-চাউ রায়দা কাইরৈ মচেঙচা চেঙচা ময়েল্ল, রাবা য়েনয়াম থোংনা পামেন উকৈথক্তা থোংথৈঙাম্ববু চেকলা য়ামনা ফারকএ। অহু নোংগীবু নোংয়ায়

---

থোংয়ায়নে, লাইপানে মচা মঙা পোকই। শিয়ারোংঙ্গা খুমন নিংথৌ ওইথি। তুরেন মোংবা তুখুন ইন তোরৈ মমশাং শীংনা—তুরেন মরিন মতুং ইন্না। রাকরৈ তেংমায় থক্তা—হিরুবাক্তা। লোঙলেন খুত্তা শূনা—মখুত্তা লোঙ পায়তুনা। লেমলৈ ঙাভারুবদা—ঙা ফারুবদা। লৈকু য়াহিপ্পা—লৈরাইদা হিপ্পা। থিনফুরৌয়ে—থিনখু-হৌএ।

মপারিস্থঙ য়ামনা শাংলে—মচা নিপাস্থ য়ামনা পোকলে। অহু নোংগীবু—মরম অহুদগী। অদোন শিয়ারোঙদি—খুমন নিংথৌ শিয়ারোঙদি। নোংয়ায় খুমন লৈমা—খুমন মহারাণী। রাংঙমলোন—মৈত্তৈ নিংথৌ চহু। পায়মা—পূক। কদৌনোংগীনো—মরম করিদগীনো। হাওরৈ নোংপোকলা পাংবরম—নোংপোক থংবা মায়কৈ। রায়দা—মরায়দা। কাইরৈ—য়েন। চেঙচা ময়েল্ল—মাগী থারা মালা। রাবা—য়েনগুম্বা লমলক্তা লৈবা উচেক জাং অমা। থোংথৈঙাম্ববু—থোংলম্বু।

খুমন নিংথৌ চেকয়াম্বা-ও তৌনা কৌয়ে। অহুস্সুও মতোমদে। হাৎরৈ নোংপোকলা পাংবা লম লমলেন সাইচীং লায়েংকোন য়ায়থৌ লমকন চীংদা পানবা-লা, ঈমু কোনমাও লা পাংয়ায় কোনথন লাবু ময়িম থাওডা মনিন নাই কম্বোং তানাদনা পানবা পুংগী কম্বোং চেংখু চেংয়াম্বীচা মপারি তরামওামকনা লাচেয়ডৈদা নোংয়ায় খুমন লৈমা থোংডাইথোও মপারি অদোন চেওচা লাম্বনা কম্বোং চেংখু চেংয়াম্বীচা মপারি চীংলৈতোন লৌথীবা খমলৈতোন শাকবব কাইনা হল্লে। অহু নোংগীবু অদোন চেকয়াম্বা-ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ চেকয়াম্বদি কোল্লোয় মিংথোংগীবু চুনবনে ॥০॥

নখেন নোংয়ায় খুমন লৈমা মৈতেংগু খোওতেকচা য়োয়রেনবা চন্থু য়াংওমলোন পিয়াইথোও, লমলেন হৈপোক শৌতিয়ান লেমচেং লীহৈ-পোক্তা নোংয়ায় লৈমা মমাওগীনা চীংয়া থেন খেত্তরিডৈ চীংয়া থেনখেৎপী, হৈপোক থেন শাদরিডৈবু কোয়ৌ মুমিংমানা থেল্লেন মরি তানকংবী, হৈপোক থেনশাবী লেমচেং লৈখেৎপী য়াংওমলোন পিয়াইথোও পায়মা লিনগোয়গী

---

মহুস্সুও মতোমদে—মাহুহস্সু মত্তে অতৈস্সু লৈরি। লমলেন—লমদম। থাওডা কম্বোং—মী কাওলুপ অমা। মপারি তরাওামকনা—মচা নিপা তরামওানা। লাচেয়ডৈদা—লা হেকলডৈদা। লৌথিবা—শাথীবা। কাইনা হল্লে—লান্দা ওমলে। খোওতেকচা য়োয়রেনবা চন্থু—মৈতৈ নিংথৌ খোওতেকচাগী মচা নিঙেডান। হৈপোক সৌতিয়ান—হৈপোক চীংগী মকম অমা।

কোয়ৌ মুমিংমাদা—মোংমগী মুমিংতা। হৈপোক থেনশাবী—হৈবোক চীংদা থেন শাবী। নিংথৌ থাংকোন লীকমাবা—খুমন নিংথৌ থাংকোন লীকমাবনা মুংবী লৈমা পায়ঝুনা নিংথৌ কোকপা, খমলাংবা, নিংথৌখোং অমসুড য়াইথিংবগা মচা নিপা মরি পোকই। খমলাংবদি চীংদা কাথিহুনা থাম্লিংবা পোকই, চীংদা হাও ওইখি। মবু—মবুথৌ। কাস্তেক মায়োন খুমনা পম্বেংডৈদা—লম্মাংদোংদা ফাস্তেক ময়োল ময়ান তাকনা লান্দাডৈদা। লীকলাং য়াইওইবা—য়াইওইবা লীক। নরিডৈনে—ওইরিগনি।

নমু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন থীক্কোন লীকমাবা-ও তৌনা কৌএ। অদোন থীক্কোন লীকমাবা-ও কৌরদি কদৌ নোংগীনো ? নমু নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্গাইরনা মুংবান ফান্তেক মারোন তুম্না পনথেংঙৈদা-লোকলকপা খমলোয় লীকলাং মন্নুংচঙ, থাপা ঙক্কোয়লীক খূরোয় হাওরা লমলাং-তোঙ্গা লোনলোয় হোঙনেম লীক, লীকসং চিনাইবা তাইয়ম নাইকুরীক, কাওরেন শনকুরীক, লীকলাং য়াইওইববু য়াওরা পুখা মুংগী লীকলাং ফায়ামলক্লগী খল্লোবা লীকপু নোংয়ায় থীক্কোন লীকমাবনা অদোন থাথা লাইথা মনিন নাইববু শমু থূত্তা থূমনা থোথারবদা অসাইঙৈগী লীকসং চিনাইববু লীকলাং মঙাইরোয়দা চৈরোয়তা থাপা মহীশাংদা লেংজিন্দে। নোংয়ায় হীওই লীক অদোন য়াইওইরীকপু নরিঙৈনে হায়না লীকলাং মত্তীক খঙনা থোচাল্লবদা লীকলাং মথোজান থাপা মরনকুগী তয়ম নাইকোন থন কাও-রেন মশীং চামা কুন হেম্না লোইরবগী নোংয়ায় লমলেম মদাইমা লৈতাঙ য়ুমোইকোন, লানলোই পাউপীতেক নোংয়ায় পানচঙ পূং, মচন পোংন্নু থাম খূমন কংতা তোংহনপা চাকারাম্পা লূক ঈ শেংশোননা লমতাই রাইবু লৈতাঙ মোইথোঙ থন্না, মানবী শনয়াম তিন, কাওরেন শনকু পৈর-বগী লোইদাম থাবূম হাঙদনা কাওরেন শন কোন হোঙএ। অছ নোংগীবু অদোন থীক্কোন লীকমাবা লৈতাঙ কাও হোঙবা-ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় থীক্কোন লীকমাবদি পায়মা লিন্তাংশাং মকোই পাউনীংশিংবানিগীনা খম-লাংপা রারী ইরেং পু রারীবু কাউদনা খূমন শাতোম লাৎ, মানবী শাখোম

---

মত্তীক খঙনা—মঙন খঙনা। মরনকু—মথোজান। তয়ম—মনাই। নাইকোন—মনাইশিংনা লৈনবা শঙ, মনাইশিংগী লৈফম। কাওরেন মশীং চামা কুন হেম্না—শন চামাকুন হেম্না।লৈতাঙ—পাৎ অমগী মিং। লমতাইরাই—লমহাইবা মফম। লোইদাম থাবূম—থা। হাঙদনা—চিথবা লৈতনা। পায়মা লিন্দাংশাং মকোই পাউনীংশিংবনিগীনা—মরোশিং মবুক্তি চখোনবনিনা। নোংলেন—নোং। তামদ—মচা নাউহু খোংলেন তৌনা হোঙনেম্বা—নাউহুখোং তৌহনা কুমৈ তৌবা। লাংয়োম্না—লাংপা তোক্কনা। অদোন থাযাঙ মথোমন্দি—খুমনগী মতিক মথোন্নাদি।

তাইবা, নোংজেন ইনি তামদা, নাউতু খোংজেন তৌনা হোতনেবা, নোংয়ায় খাথালাংপু লাথয়োন্দবা, অদোন কংলা রাক্কোওলাক্তা নোংয়ায় থৌথা রায়েন নোংয়ায় চুম্পা অদোন থায়াও মথৌমন্দি হাওরৈ নোংচুপলা পাংবরমগী পাসি মৈবী তাঙ্গোই ফুপাতোংবা নোংয়ায় থুমপান লোইবু নোইহু থুম হাথীরবগী পাসি মপুংয়ায়বু পাই মৈথু-নোংলোন কানা পস্তেংলে। হুয়েন লাম্নিগীদি পাসি সেপা লাইতাঙ্ লানথৌয়াঙবু কাইনা তনবা নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন থীক্কোন লীকমাবা-ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ থীক্কোন লীকমাবদি কোল্লোয় মিংথোংগীবু চুনবনে ॥৩॥

নবেন নোংয়ায় খুমন লৈমা মুংপী লৈমা-ও কৌএ তেংলৈ মুংচা অথাপ্পা, হাওরা মুংচা অতাম্ববু অশৈনবা চন্থু পায়মা লিনগোয়গী নয়ু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ কোকপা অহনবা-ও কৌএ। অদোন কোকপা অহনবা কৌবদি কদোনোংগীনো? মপন পনথৌ নিংথৌ নোংয়ায় থীক্কোন লীকমাবনা কোয়্নৌ হুমিং মওানি শুরবগা য়ুপান য়ুমশেং নোংদা নোংয়ায় ইপা লাই খুমন ইপু লাইও ইপারি অসিবু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ ওইনবা লনকুবিও। অয়িম নোংয়ায় খুমনসুও মনিন নাইনা হাকোকফয়ে, ইপারি অসিসুও হৈরাঙ অশা লাই তাউজীং অমুন লাইবু লায়থুংপীবিগুনো হায়না তাইরেন নারোঙ শু, খোইমোম কাসা পাউগা তাকনা নোংয়ায় মপারিবু খোইমোম লাইকোকপিয়ে। অহু নোংগীবু কোকপা অহনবা-ও তৌনা কৌএ। কোকপা অহনবদি নোংয়ায় থাথারাক অদোন লাইথা তেমলবদা মদাই-রেম খুমন মনিন নাইবদা রাহমখিয়ে। তাইয়ম নোংয়ায় হুয়তাউ তানাদবশিং-ও

---

থুমপান লোই—থুম ওইনা লোইপোৎ কাবা লম। নোইহু—থুম। মপুংয়ায়—লৈবাক, লম। মৈবী তাঙ্গোই পাই মৈথু নোংলোন কানা পস্তেংলে—উংওইনা তুমনবা লাপ্পারে। লানথৌয়াঙ—লান্দা থৌবা মী। অতাম্বা—অথাপ্পা। মপন পনথৌ নিংথৌ মপা নিংথৌ। য়ুপান য়ুমশেং নোংদা—চাবোকপগী য়ুমশেংবা হুমিংতা। নোংয়ায় ইপা লাই খুমন ইপু লাই—খুমন পোকপা লাই। ইপারি অসিবু—ইচানিপা অসিবু। লনকুবিও—থৌজানবিও। অয়িম—ইয়ুম। লায়থুংপীগুনো—

মীমৌ তাংথনদা মীতু শকপামনগুম্লুসে, কাওরেন মশনচাম্লুও হুনগম্লুসে হায়না নোংয়ায় কংলা ৱায়েপ্‌নরববু নমদা হুম্না অদোন কৌচেঙবগী কাও-রেন মশনচাবু নোংয়ায় অমু নোংকাপাম্বনা অদে'ন শানতাক্তা নোংয়ায় শান্‌-ফোঙহন্দনা লোম্না হুজরবা ৱাগী অদে'ন কৌচেঙবনা অমু নোংগা পাম্বা-ও নোংয়ায় কংলা ৱাফোঙলাক্তা ৱাহমনরুসে হায়না পাওমেল্লবদা অমু নোংকা পাম্বনা খোয়বুঙ মবৌ চাউনা মমোম হুংচানপীবু খুৎচেং হংচিল্লাকনা লোম্না পাউ কৌথিযে। ইমোম খযোয়রোন নওদি কংলা ফানথাম্নুংদা শম্ভুপ-ও। তাল্লোয় মরুম্বীবু তাংথনগুনো, তয়ম মীনাই খোম্লগুনো কাওরেন মীশনচাদি হুনা-ও হায়না চীংশোং যাল্লংনুংদা নোংয়ায় খুমন নিংথৌ ওইনা পাউখুম-লকও হায়না থৌতীকখোনগী অদোন কৌচেঙবগা অমু নোংকা পাম্বগা অনী-মানা অদোন ইনিংথৌও লহান নোং তাল্লোয় মীতু শকপাম্‌নদা তয়ম মীনাই খোম্‌নদা কাওরেন মীশনচাবু হুজনগুম্লুসে হায়বা নত্তবল্লা হায়না কংলা ৱাকচ্চববু চীংশোংকাল্লংনুংগী মমোম শাম্ভুপলিবীনা পাউ খুমলকএ। নোংয়ায় কৌচেঙপা-ও তাল্লোয় মীতূ শকপামনগুনো তয়ম মীনাই খোম্লগুনো কাওরেন মীশনচাদি হুজনৌ-ও হায়না ৱাহমলবগী নোংয়ায় খুনফাঙথৌ অদোন খাখা লাইথা পূম্নমানা নোংয়ায়

---

অনাবা লৈহনবিগনু। তাইরেন নারোঙশূ—তাইরেন মরোং পাহুয়না। খোইমোম—লাই। কাসা পাত্তগা তাকনা—কাসা পাউততুনা, লাইদা তাকুনা। মদাইরেম—মনাই। মীতু শকপামম্নাগুম্লুসে—মীগী নূপী মাহাদা মিং য়ামনগম্লুসি। ৱায়েপনরববু ননদা হুম্না—হায়নরববু তোক্তুনা। অদোন শাম্ভাকতা নোংয়ায় শানফোঙহান্দনা—খুমন কনামত্তা খঙহন্দনা। ৱাহমনরুসে - ৱা হংনরুসি।

খোয়বুং মরৌ চাউনা—মরৈ মরা তৌনা। মমোম হুংচানবীবু—মচানূপী মানা লুনা তৌবীবু। খুজেং হংচি লাকনা—মখুদাং পায়হুনা। লোম্না পাউ কৌথিয়ে—তুমিন্না হায়খি। কংলা ফানথাম্নুংদা—কংলাগী ফাম মখাদা মনুংদা। শাম্ভুপও—তুমিন্না মী খঙহন্দনা খুপ্পুনা লৈও। থৌতীকখোনগী—তাকলকপা মতুং ইন্না। লহান নোং—থায়না, অহুঙৈ। মমোম শাম্ভুপলিবীনা—লোম্ভুনা লৈরিবী মচা নূপী অহুনা।

ইনিংথৌদি কংলা রায়েল শোয়রে হায়না পাওমেন্নরবদা নোংয়ায় খুমন নিংথৌনা অদোন ঐদি তাংজা ঈকাইয়ে হুইয়াই শেনখোইএ, অদোন খুমন নিংথৌ ওইররোইএ হায়না নোংয়ায় ফম্বাল্লাং ফানখান্নুংদা শানথুপখিয়ে। তাংজা য়েকলাবা লিল্লা তেমশাবা হংকোক শোক্‌তোওবা খোইমোম লাইনি য়াপপু ওইনা শানওনখিরে হায়দবরা ? নোংয়ায় খাথা লাইথা পুমনমকনা অদোন ইনিংথৌদি খোইমোম লাই ওইখিরে, নিংথৌ ফম্বাল হাওফরোই নোংয়ায় মমাতোন্না শাংপা খুমন মপাতোন্না য়েনবা নিংথৌ মরোন অকুম শুনা কংলা রায়েনহনববু অসাইঙৈগী কংলা ফানখান্নুংগী খোইমোম লাই ওইখিবনা তাংজা মকোক কাও লিল্লা কোংনা য়েংবা রাগী নিংথৌ পুনশি কৌ, লৈমা পুনশি মাও, চহৈ কুমশীং য়ামদনা কোরৌ নোঙাখিয়ে। চীংগুপন্দন য়ামলবগী নোংয়ায় মনিন নাইবদি লাইজা ঈন্নুংপুওগুম উনবী শেনলোও নীক ময়ুম নোংয়ায়না তেংথোনা শঙাইবুদি য়াকোন কৌএ। শঙাই য়াকোম তেকলে। নিংথৌ কোকপসুও খোইমোম লাই ওইখিরে অচু .নাংগীবু কোকপা য়াকোন তেকও কৌএ। নোংয়ায় অমরক খাথাহৌ খুমন লাইথা ভিন্না রাতান্নখিয়ে। নোংয়ায় য়িমনীং য়িম্‌মাও হুয়তাউ খোওথীন মনিন নাইবনা অদোন ঈপুংয়ায় অসিবু নোংয়ায় রায়েন শোয়ফরোইএ। অদোন কোকপা ইনিংথৌগী পল্লেমপী মচা পম্বৌপামচা কনা

---

রায়েন শোয়রে—বিচার চুমত্রে। পাওমেন্নরবদা—হায়নরবদা। হুইয়াই শেনখোইএ—ঈকাইবা নংলে। নোংয়ায় ফম্বাল্লাং—খুমমগী ফম্বান, সিংহাসন। শানথুপখিয়ে—লোংখি। তাংচা লিল্লা—লিন। শানওনখিরে—লাংওনথরে। নিংথৌ ফম্বাল হাওফরোই—নিংথৌ খুবম মুংপা য়ারোই। শাংপা—পোকপা। মপাতোন মখুরা। য়েনবা—পোকপা। তাংজা মকোক কাও লিল্লা কোংনা য়েংবা রাগী—লিন মকোক থাংগজনা য়েংবগী ময়ক। পুনশি কৌ পুনশিদবা। চহৈ কুমশীং য়ামদনা—চহী মৌনা। কোরৌ নোংগাখিয়ে- শিথি। চীংগুপন্দন য়ামলবগী—য়ামনা শিরবগী।

উনবী শেনলোও নীক—পুকনীং তয়াং তশোইনা। য়াকোন—শঙাই। শঙাই য়াকোন তেকলে- য়ুম তেকলে। খোইমোম লাই ওইখিরে—লাইওইথরে। অদোন ঈপুংয়ায় অসিবু—খুমন ইরৈপাক অসিবু। পল্লেমপী মচা পম্বৌপা মচা

লৈবক্নো হায়না পাউহংলবদা পল্লেম মমা নোংয়ায় খুমন লৈমা পায়মা লিনগোরগী খামলং অতোনবনা মোয়ায় কোকপা ইনিংথৌবু অদোন রায়েন শোয়রে হায়না রাওইখোনগী নোংয়ায় রারোঙনা অদোন রাচৌনববু শোং-কিরাগী অরাং লাইনা পাংবরম চীংতাই খায়িংপা ময়িমনাক চিনপা পোন্-লাংপা মশাইকোন্দা শান্থু পখিয়ে। নোংয়ায় খুমন লৈমা মপারি অতোনববু লৈবনে। ময়ুম অরাং পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ মৈতেংঙু লাইরেন অয়াঙবা নিংথৌ সনা মখোঙ খাদা নোংয়ায় য়াইরংচান য়াওরৌ অচঙ্ য়াই মানবী শাখোম য়াই, থৗঙলৌ চীপাক লোক্কিন য়াই, শায়া য়ানা হেন্বা, নোং-য়ায় শায়াই কোৎচঙনয়াই, য়াওরৌ মশীংশুনা কৌশিন য়াইবু পোঞ্চেং লাইচম থন্ লাইরা পামিনুংতা হাপনা য়াওরৌ শায়াই নুংজানবসুঙ পুনা শোন্না শোন্না পুখিয়ে। নুংনাং উশোনবা-ও তৌনা কৌএ। থাঙলেন মখূৎশূনা পূনুং লাবু য়ামনা য়ল্লমএ, পুনুং লুময়ানবা হায়এ। শাইরোঙ পান্তম চুমনা লাংলেন কোঙয়াং রাতোনথক্কী চীংশোং লমলৈমা খুন্থু মান্-থীবা তেরাবু থিনফুরোএ, খুন্থু লুমথীৎপা-ও কৌএ। থংচীং মখোকলাংবু লেংদা থোংনা তকলৌশিতং শোন্না হাইনা হাইনা কাখিয়ে হায়বগী খোক-লাং হাইনাইবা-ও তৌনা কৌএ। অদোন নুনাং উশোনবদি মানবী শাখোম য়াইবু শমু খুত্তা থ্মনা খূন কারকপদা লানলোই মদাইনা রাংখৈ —মমা মপা তিন্নবা মচীন মনাউ। অদোন রায়েন শোয়রে—খুমন লৈবাক্কী রায়েন বিচার কায়রে। রাওইখোনগী—শাউরহুনা। নোংয়ায় রারোংঙনা অদোন রাচৌনববু শোংকিরাগী—খুমন্দা থংনচৈনবা কিরহুনা। অরাং লাইনা পাংবরম—অরাং মায়গে। শান্থু পখিয়ে—লোত্থুনা লৈখি। মপারি অতোনববু—মচা নিপা থাদক। পোইরৈ—মৈতৈ। মৈতেংঙু লাইরেন অয়াঙবা—মৈতৈ নিংথৌ অয়াঙবা শরিলাংথোং চোংবা রাওরৌ—শা। পোঞ্চেং লাইচম—পোলাং। থাঙলেন মখূৎশূনা- রাগী খূৎশূ থাঙনা। পুনুং—লক্ক। লাংলেন কোঙয়াং—রা। চীংশোং লমলৈমা—খুন্থু। মান-থীক—খুন্থু। থংচীং মখোকলাংবু লেংদা থোংনা—তা মখোক মরেংবান্দা থোংনা পুত্নুনা।তকলৌশিতং লোন্না—তকশি শোন্দুনা।

কাখিয়ে—চংখংখিয়ে। শাখোম য়াইবু শমু খুত্তা থ্মনা - শাখোম য়াই মখূৎনা পায়হুনা। লাইজা ঈরোমুংদা—ঈশিং মঙ্গদা। রাইথুংলবগা—রৌরগা। নোংয়ায়

লাইকোক পাম্বা, মাকো শাম্লাই চেনবা হিরোন মতারম লাইজা ঈরো-মুংদা লোৎলম্মে। অরাং কৌবা লৌচীংকোন, চীংকোন কোল্লাংমৈ, ঙাং-চেং চীং পুনশিজা রাম্লথুংলবগা কোয়ৌ মুমিং মঙানি গুরবদা য়াওয়ৌ শাথোম য়াইরংচানবু লাইজা ঈরোয়ুংগী খিজগুলকও হায়রবগী নোংয়ায় য়াইথিবা-ও কৌববু অদোন তাকা থিবনা নোংয়ায় য়াইথীওবা-ও কৌএ। নোংয়ায় মনিন নাইবনা হায়নখিয়ে অদোন য়াইথীওবা নুংনাং উশোনবদি মরিম অরাং পোইরৈ মৈতৈ অয়াঙবা সনা মখোঙখাদা শাম্বুপলিএ, নোংয়ায় ইনিংথৌবু ওইহনসে হায়না নোংয়ায় মরম্বুবু থৌ শীথংখিএ। লাইরেন মৈতেংঙু সনা মখোঙ খাদা নদাইরেম ইখোয়বু নোংয়ায় শেম্লেপাকনে। লহান অদোন কোকপা ইনিংথৌনা খোইমোম লাই ওইখিউগী মখেবু তাংজা মকোক কাঙ লিজা কোংনা রেংলবগা নিংথৌ পুনশি কৌ লৈমা পুনশি মাঙলে, নিংথৌ কম্বাল হাঙলে। নদাইরেম অদোন য়াইথাংববু লাইরেন সনা নখোঙ খাদা য়াংগোইরিএ হায়রে। নোংয়ায় খুমন নিংথৌবু ওইনগে হায়না পুরুমলবগী লাইরেন মৈতেংঙুনা ইদাইরেম অদোন য়াই-থীংবা-ও নোংয়ায় নপুংয়ায়দা নিংথৌ কম্বাল হাঙফরোই। নোংয়ায় নপারাই খুমন নপুরাইবু থৌকাউদনা য়াওয়ৌ শাতোম লাং কাওচীন লমতা লৈবু-তুংথাংনা মাল্লং চৈরোয়না নোংয়ায় লম্মাপী খুমন লম্মাইহনবী হুয়তোক লাংকা নিংথৌ চম্বু খুমলাং মম্লেমাবীদা কোল্লোয় শীনৃপাম্না লাংহে শীন্-তিম্নববু লোইদাম কুম কাউগনু। নোংয়ায় পারীতং খুমন পুরী কাউ-

---

মনিন নাইবনা—মুঙাই হাইকমা পানরা খুমনা। অয়াঙবা সনা মখোঙখাদা শাম্বু-পলিএ—মৈতৈ নিংথৌ অম্নাবগীদা লোত্নুনা লৈরিয়ে। নদাইরেম—ননাই। ইখোয়বু—ঐখোয়বু।

খোইমোম লাই। তাংজা—লিন। মকোক কাঙ—মকোক খাংগৎপা। কোংনা রেংলবগা—মুম্না রেংলগা। পুনসি কৌ—মতম কুইনা হিংনবা, থংনা লিবা। নিংথৌ কম্বাল হাঙলে—নিংথৌ লৈরে। য়াংগোইরিয়ে—লৈরিবে। পুরুমলবগী—খুরুমলবগী। নোংয়ায় নপুংয়ায়দা—খুমন নরৈপাক্তা। থৌকাউদনা—কাউদনা। লোইদাম—থা। কুম—চহি। পারীতং—মথাগী মরী লংপা।

রঙৈনে। নোংয়ায় নপূংয়ায়দা খুন কুমখরো হায়না য়োয়চানবিরবদা অদোন য়াইথীংবা নুংনাং উশোনবনা পাওমেজরকএ। লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ ও নদইরেন ঐবু হায়েং পোইরৈ চাতোম্না কাউদনবা ভুবী নথৌজানবু কো-ল্লোয় ঈমিং মাঙদনবা থৌদূ নুংবু খিজরমগে। লাইরেন মৈতেংঙু নওসুঙ কোল্লোয় নমিং মাঙদনবা থৌদূ লেপনা থিনবিও হায়না পুরুমজরবগী লাইরেন মৈতেংঙুনা থৌজান মায়য়োকননা পাওমেনখিয়ে। নোংযায় খুমন নিংথৌ অদোন য়াইথীংবা ও নদাইরেম নোংয়ায় য়াইথেমচাবু মখিংথুনবী য়োক্কী থৌদূ নুংবু পুহল্লুও। ইদাইরেম ম্বাংওম নাহা ফেনতাংচাম্বা নওদি অন্নাং কৌবা লম্মহন লোকলেন রাইখুবোক্কী থৌদূ নুংবু পুকও হায়না থৌশীববগী মদাইরেমশিংনা থৌদূ নুংবু লৌরুরে। লানলোই মদাইমা রাংখৈ পন মরুদা তোকমু লৈতম ফেম্না লানলোই পূংমা লম্মহন্দা থোল্লে। তরেৎ ভাত্তম্ নাইদবা শেঙ্গাউ পানপোক থোক্তবা লাংপন নোংলোন চন্দবা শেঙ্গাউ পাল্লোংববু খাগা থানা শীংনাং তোনখপ লৌ নোংযায় মরেপ তমনা লাইরেন অয়াঙবা নুংনা থক্কা থোন্না থৌদূ নুংবু খিল্লমএ। অহু নোংগীবু থৌদূ নুংখিল পূংও কৌববু পোইরৈ তাবা থিবনা রাংখৈ শীকখুন পূংও থোনৈএ। লাইরেন মৈতেংঙু অয়াঙবা শাবি চোংবদা অদোন য়াইথীংবনা রাকচ্ছখিএ। হয়েং পোইরৈ চাতোম্না কাউবীগনো হায়না রারেপচরম্মে অহু নোংগীবু মৈ-তেংঙু অয়াঙবা রারেপ নুংও তৌনা কৌএ। অদোন য়াইথীংবা নুংনাং

---

নপূংয়ায়দা—নরৈপাক্তা। য়োয়চানবিরবদা—থৌজানবিরবদা, চানবিরবদা। লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌও—মহাবাজ ইবুঙঙো। পোইরৈ চাতোম্না—মৈতৈগী কোম্না হৌরকপা মীরোম্না, মচা মগুনা। কাউদনবা—নীংশিংনবা। থৌহু নুংবু খিজরমগে—নুং য়ুংজরমগে। থৌহু—নু। পুরুমজরবগী—খুরুমজরগা। কোল্লোয় অমিং মাঙদনবা—নমিং মুত্তনবা। পুহল্লুও—লৌহল্লু ও। থৌশীববগী—থৌদারবগী। তোকমু লৈতম ফেম্না—য়োংনা লৈপাক তৌহুনা। পূংমা থোল্লে—ঈলপূং অমা থোল্লে।

শেঙ্গাও পাল্লোংবা—শনবুং। খাগা থানা—মখ থাহুনা।* শীংনাং তোনকাপ লৌ নোংয়ায় মরেপ তমনা—খুমন য়াইথীংবগী মরেপকা বাংবা মায়দা শীংনাং মতোন ককহুনা। অহুনোগীংবু—হুমিং অহুদগী হৌন্না। *রাকচ্ছখি—হুংগচ্ছখি। রাকচৈ

উশোনবদি য়াকয়ৈ খোঙওইননা নোংয়ায় মপুংয়ায়বু ইস্তানখিরবদা মদাই-রেম তোংচেং নাউমৈগী খুমু নৌচাউ শূবা হাওশীবদি পোইরৈ মপন লম্বু মুংশিবা রাগী তোংচেং নাউমৈ থঙ্কী চোংথহোয়ে। নোংয়ায় খূমন নিংথো অদোন য়াইথীঙবনা ইদাইরেম হাওশীবদি শিরবরা হায়না পাউহংববু মরিম নোংয়ায়না রা হায়না শিরববুদি ফূরবা ও কৌএ। অদু নোংগীবু হাওশীপা-রোং ফুরাশীও কৌএ। মদাইরেম হাওশীবদি লৈকু চোংথালাইবু ওইরোরে অদু নোংগীবু ইরাংচোংথারাই তূরা নামফৈ অচনবা-ও থোক্লেএ। নোংয়ায় খূমন নিংথো অদোন য়াইথীংবদি মোংবা খূন লম ইম্না খুল কূমখিরবদা লাল্লোই মদাইমা লৈরাই মুংবী থক্তা পূংলেন ময়ায় লাংনা (রাংনা) থোল্লম্মে। অদু নোংগীবু য়াইথীং পুংজাউ-ও থোক্লেএ। অদোন য়াইথীংবদি নোংয়ায় লৈকোয় পূংদা রাইথুংলরে হায়দবরা? নোংয়ায় মনিন নাইনা লমওক ভামলবগা কংলা রাকোও লাক্তা নোংয়ায় চংরা হায খূমন মুরা তেম হয়াউ মতাং শাংনা পানময়রে হায়দবরা? অদোন য়াইথীংবদি কোল্লোয় মিংথোংগীবু চূনবনে ॥০॥

নবেন নোংয়ায় খূমন লৈমা রাংঙমলোন নাউশংলাঙ্‌কম্ চম্মু ঈরেম নাউশং খূনা তাউতং শাৎনপূং, শেকমু নাউশংকাইনা মোইতং ফূয়নাপূং পোইরৈ থাঙকোক মতাং শাং, তিমেন তামৈ কুইবা পূংবু অশৈনবা চম্মু

---

খোঙওইননা—হি তোংদুনা। নোংয়ায় মপূংয়ায়বু ইস্তানখিরবদা—খূমন মরৈপাক য়োননবা চংশ্রবদা। তোংচেং নাউমৈগী খুমু নৌচাউ শূবা—নৌ অচৌবা পায়বা হিনাউ শাবা।

* ফূরবা—শিরবা। থোক্লেএ—কৌনৈয়ে, হায়নৈ। মোংবা খুল্লম ইম্না—ভুরেন ভূখূন মতুং ইম্না। কূমখিরবদা—চঙখিরবদা। মদাইমা—লমদম। লৈরাই মুংবী থক্তা—লৈরাই মথক্তা। নোংয়ায় লৈকোয়পূং—খূমন লৈকোয়পূং। রাইথূংলরে—থূংলরে। মনিন নাইনা—ভুংঙাই য়াইফনা। লমওকভামলবদা—লম্বীদা ওকলম-লবদা। নোংয়ায় চংবা হায় খূমন মুবা তেম—খূমন্দা রায়েন থোদাহুদা। হয়াউ মতাং শাংনা পানময়রে—ভুংঙাই য়াইফনা লৈমিয়রে। রাংঙমলোন—মৈতৈ নিংথৌ চম্মু।

নাউশং লাংকমাম চহু পাক্‌মা লিনকোয়গীনয় নোংয়ায় খুম্মন নিংথৌ অদোন শময়োক ফবা ও কৌএ। নোংয়ায় শময়োক ফবা কৌবদি কদৌ-নোংগীনো? নোয়ায় ভাংজা মশমতোনবু উরা পোং মতু শারা উফোঙ মৈগুম তাঙজা শমতোন্ পোঙনা নাউয়োকএ হায়বগী অদোন শময়োকফবা-ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় খুম্মন নিংথৌ শময়োক ফবদি লোনলোয় মদাইমা ফুপা লাইমকোন চীংপা উতং পোক্তনা খ্ব্া য়োংয়াম ভানজৈ, পামেন উয়ুমদৈ লৈনা নায়োঙববু শীংলেন লৈ শুইমনা মমা নোংবাম য়ৌয়ৌপীচা য়োংনাউ শাথীবা কৌবা লীঠৈ পাম্বু য়োংনাউ মশীং য়ামনা ফায়-এ। অতু নোংগীবু নোংয়ায় খুম্মন নিংথৌ অদোন শময়োক ফবা চীংপা য়োংতান থৌবা খ্ব্া য়োংয়াম কাবা-ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় খুম্মন নিংথৌ অদোন শময়োক ফবদি কোল্লোয় মিংথোং গীবু চুনবনে ॥৩॥

নবেন নোংয়ায় খুম্মন লৈমা নোংবাল্লোন কাইনৌপী শময়োক-ও কৌএ। শেনলোয় লংমাই নিংথৌ চহু কাইনৌপী শময়োক কৌবদি কদৌ-নোংগীনো? মযিম শেল্লোয়না মীকোনা লংমাইনা তেংথানবদি শম্ খিংখিং কৌএ। শমজিবু কাইনৌ কৌএ। নো বাল্লোনগী ভাংজা মশমজিবু খোই-মোম লাই ওক্কনে হায়বগী চৈরৈ ফিনা য়োমনা নাউয়োকখিয়ে, অতু নোংগীবু নোংবাল্লোন কাইনৌপী শময়োক ও তৌনা কৌএ। নোংবাল্লোন কাই-নৌপী শময়োক্তি শোল্লোয় মাকপকমা লংমাই চীংশামাপু অশৈ লমনেম

---

তিমেন তামৈ—তামৈ, তাদোন। কুইবা—শাংবা। নয়—নবুথৌ। শম-য়োকফবা—খুম্মন নিংথৌ য়াইথীংবনা মমাম্মা লাংকথগা নিংথৌ শময়োককবা চীংপা য়োংতান থৌবগা অনী পোকই। য়াইথীংবগী মথংদা মহাকনা নিংথৌ ওইখি। ভাংজা মশমতোন—মাগী শমদোন। উরা—উচেক জাং অমা। খ্ব্া—য়োং। শীংলেন—লৈ।

খ্ব্া য়োংয়াম—য়োং মযাম। নোংবাল্লোন—অঙোম চহু। শোল্লোয় লংমাই নিংথৌ চহু-লংমাইথেম নিঙেঙান। মযিম শেল্লোয়না মিকোনা লংমাইনা তেংথানবদি—শেল্লোয় লংমাইনা হায়নবদি। খিং খিং—শম। কাইনৌ—শমজি। চৈরৈ—

লকপা চমু পায়ম্মা লিনকোয়গী নয়ু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন থোঙপু শামুকলুচা-ও কৌএ। থোঙপু শামুকলুচা কৌবদি কদৌনোংগীনো? লহান নোং ময়ুরা চীংখোঙ পোইরৈতোন্না মাল্লেম খুনকাওরকউদা নোংয়ায় অমম লৈকোয় পুংগী থোঙলেন নাতৈ কাঙ চারা মথোঙ হাংনা মাল্লেম খুনকাও-রকপা শনবু কাওরেন য়ামনা হাথয়ে মানবী য়ামনা হাকোকএ। কোয়ৌ মুন্নিং খুদিঙবু নোংযায় খুমন নিংথৌনা মানবী কোনথোকএ, কাওরেন কোনচল্লে। শামুক কোনবু থানা নাউয়োকএ। অতু নোংগীবু নোংয়ায় থোঙপুশামুকলুচা-ও তৌনা কৌএ। অদোন থোঙপু শামুকলুচা থয়াঙ মথৌমন্দি হাওরৈ নোংচুপলা পাংবরম নোংয়ায হাওকোকথোং খুমন তাহুই-য়াঙ্গা য়াঙলা শৌপোন মাঙরায় খিন্না কোঙয়াঙ মপুংয়ায়দা অদোন মথি নাইনা খৌশাথরবদি কোঙয়াঙ মপুং তাকলে মরান থুম্বী মৈমাঙ চন্না হুমদাং য়াঙলীতং, মৈখু নোংলোন কা, হুয়েন য়াইশীং মুংনা পনথেংলে। হুয়েন লান্নিগীদি হাওমু তোমশোন্ লাংমৈমু শঙতে ভাইমুথীবু কাইনা হুল্লে। অতু নোংগীবু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ থোঙপু শামুকলুচা হাওমু তোমশোন লাংমৈমু শঙতোঙাইমুবীবু কাইনা হুনবা ও তৌনা কৌএ। অদোন থোঙপু-শামুকলুচাদি কোল্লোয মিংথোংগীবু চুনবনে ॥০॥

নবেন নোংযায় খুমন লৈমা ভানুরোন শঙলৈমা থীক্কোনশূ-ও কৌএ। নোংয়ায় খুমন লৈমা শমাঙলৈমা থীক্কোনশূ-ও কৌৰদি কদৌনেংগীনো?

---

ঞি। ল মাই চংশমাপু—নোংমাইজী চীংগী চীশা নাপোম অমবু। লহান নোং—থায়না মমাঙৈঙদা।

ময়ুরা চীংথোঙ পোইরৈন্তোন—পোইরৈতোন থোঙকাং অতোনবা। থোঙলেন নাতৈ কাঙ চারা মথোঙ হাংনা—থোঙ হাংদোক্লুনা। হাথয়ে হাকোকয়ে—মচা য়ামনা পোকএ। মানবী কোনথোকএ কাওরেন কোনচল্লে- শন কোনথোক কোনশিন তোএ। থায়াঙ মথৌমন্দি—মতীক মথৌনাদি। কোঙয়াঙ—লম অমগী মিং। খৌশাথরবদি—লানতারবদি। কোঙয়াঙ মপুং তাকলে—কোঙয়াঙ লৈপাক মাঙ তাকলে। পনথেংলে—লান্দারে।

কাইনা হুনবা—লান্দা ফাবা, লান ভুবা। ভানুরোন—ভানবা শলাই ওইবা য়ুমনাকী নিঙেঙান। নাউবা মথুঙৈগী হৌনা—অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌতুনা। লায়-

নাউরা মথুঙৈগী হৌনা হৈরাও অশং লাই তাউজীং অমুন লাইবু লায়-থুংদে। থোইমোম কোরৌ মনোংথৌনা লনকুবিবা, চীংঙু রাংবা মকাশানা য়োয়চানবীবগী মনিং শাঙলে মরেপ্প, কংনা মম্নু শুমলে লেপ্প, রায়না চাউ থুনা লেপকায়ে। শাংশু থুনা লেপ কংএ হায়বগী নোংয়ায় খুমন লৈমা ভায়রোন শাঙলৈমা-ও তৌনা কৌএ। ভানবা খুমুং নিংথৌ চম্নু লোইরেন খুন্‌পীরোক থৌতু নুংপাকথক্তা মুংফি লৈরমনা ফাকঙ লৈশইনা লীচৈ তরান শূ লানলোই মীঙা থোপ শারেন মীশুং লাংবু য়েনহৈবা চম্নু মপাম হুয়েন লাম্নিগীদ অহৌ নুংতোংচা লিম্না হাওতমথীবু অহোঙ লাম্নু তৈনা শুংবা চম্নু নোংয়ায় খুমন লৈমা শাঙলৈমা থীঙ্কোনশূ পায়মা লিনকোয়গী নয়ু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন থীঙ্কোম হনবা-ও কৌএ। নোংয়ায় থীঙ্কোন হনবা কৌবদি কদৌনোংগীনো? পঙ্খৌ মপা শাংমাবা থোঙপু শামুকম্নুচানা হম্নু ময়াই কারবদা মপারিবু থীম্না কোম্না পোকএ হায়বগী দমক অদোন থীঙ্কোন হনবা-ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় লৈমাবা অদোন থীঙ্কোন হনবদি হাওয়ৈ নোংপোকলা পাংবরম রায়রং লম্মহন পাশিভোনবা ওকলুয়ান্ অদোন তাইপঙচম্ লোক লুখুম খোয়নৌ লাংমৈথেৎ শামন্ কতেং-লমদা খৌশাবনে। ময়িম পাশি মনিন নাইবা হামেঙ শন শেনপা লাইতাং তানাদবনা চীংপা ফুপা তোংঙৈদি নোইম্নু থুমচা অকুপ্পবু থুমকোৎ পায়-হুম্‌শুনা লোই হাএ। হৌজিক রায়রং লম্মহন অদোন তাইপঙচাম্‌পা মরমথৈজা পাসি মনিন নাইনা খুন তারবগা নোইম্নু থুমকোই শাবা লমঙাক

---

থুংদে—অনাঅয়েক লৈাত। থোইমোম কোরৌ মনোংথৌনা লনকুবা, চীংঙু বংবা মকাশানা য়োয়চানবিবগী—লাইনা থৌজানবিদুনা। শাংশু থুনা লম কংএ—য়ামনা থুনা চাউ শাংএ। থৌতু নুংপাকলক্তা।—নুং অপাকপা মথক্তা।

মুংফি—ফি জাৎ অমা। লৈরম—ফি অথাবা জাৎ অমা। ফাকঙ—ফি জাৎ অমা। তরান—চৈশু। মীঙাথোপ মীশুংলাং—মীবা মীপাউ। অহোঙ লাম্নু তৈনা শুংবা চম্নু—যু মরাং কায়না শুংবা নিঙেঙান। শঙলৈমা থীঙ্কোন হনবা-ও কৌএ—শঙলৈমা থীঙ্কোমঙনা পোকপা মচা নিপা খুমন নিংথৌ থীঙ্কোনহনবা হায়না কৌই রায়রং—নোংপোক। খৌশাবনে—লান্দাবনে।

খোয়তোংববু খাঙলা পোনথিংয়ৈ, থুমপোৎ লীগীং অমা শুনা লোই হাবস্লুঙ পাউ য়াদরে। লহান নোং পাসি মপুরেন সেপা লাইতাঙ মপারোন্দস্লুঙ নোইম্নু থুমচা অকুপ্পবু থুমকোৎ পায়স্থম সুনা লোইদাম থারেপ্তা লাংহৈ কুমকাউদনা নোইম্নু থুম হাববু ফরিগী লোই হাদরবনো হায়না নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন থীক্লোন হনবনা পাসি মপুংয়ায়দা লোইদাম থাবুশি লাংহৈকুম্বওন খাঙলা য়েনকোইথোং য়াইরেন মখোক লোয় হাওশী মতাং ক্তা মানসং মনারেক পামেন উয়াই হক তল্লা উরাই কংনা থায়ঙি পুথাপ অঙন লৌবু পাখং নাউরা খুংরায়থোং মোমন্নু সাম্নম তোং-থিনয়েকপু লৈনা কংনা য়াঙলা চাহৈ নেংনা পাসি মপুং তাকনা পম্বেংবা হুয়েন লাম্নিগীদি পাসি উয়ানথু উয়ানহন নাউরিথু নাউয়ীহন পাসি খুনৌবী খুনৌববু কাইনা হুন্নে। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন থীক্লোন হনবা থায়াঙ মথৌমন চুংশেন ময়ান হৌদি অদুস্লুঙ মদোমদে। হাওয়ৈ থানা পাংবরম কেগে লেঙনা উমৈরম, উমৈরেঙকাইচীংদা খৌশাথরবদি পাঙন মায়া খুল্লেন লৈগী কলারাজা লমচিংবা মপারি মশোম রাহায়বা মারাঙন অতনবু কাইনা হুন্নে অতুনোংগীবু অদোন থীক্লোন হনবা মারা খুলশেন চাইবা-ও কৌএ। নোংয়ায় থায়াঙ মথৌমন চুংশেন ময়ান ওন্দি অদুস্লুঙ মদোমদে।

---

নোইম্নু থমচা অকুপ্পা—থুম ময়োন অকুপ্পা। লোই হাএ—কাংগৎ কায়এ। খাঙলা পোনথিংয়ৈ—খাঙলা মনা থাতুনা পোন্দা হাপ্পা। থুমপোৎ—থুম মপাক চনী। পাউ য়াদরে—য়াদয়ে। মপারোন মপুয়োন—মপা মপু হাকতক। লাংহৈ-কুম কাউদনা—চহী অমতা কারদনা। নোইম্নু থুমহাববু—থুমনা লোইপোৎ কারক-পবু। পামেন—উ। তল্লা—উ।

থাঙরি—কৌ।

পাসি মপুং তাকনা পম্বেংবা—পাসি কৌবা লম অদু মাঙনা তাকনবা লান্দাবা। কাইনা হুন্নে—লান্দা ভমলে। য়াঙলা চাহৈ নেংপাও কৌএ—য়াঙল চাহৈবু লান্দা থগাইবা হায়না কৌএ। থায়াঙ মথৌমন চুংশেন ময়ান হৌদি—মতীক মথৌনাদি। অতুস্লুঙ মদোমদে—মাতুনস্লু লোইবা নত্তে। কালারাজা মপারি—কালারাজগী মচা নিপা। মারা খুল্লেন চাইবা—মার থঙং থগাইবা।

হাওরৈ লাইনা পাংবরম শায়ান পনমৈথা মতুত্তোয়া কোইবালম, তুরাউ-ত্তোয়া ঙাকপায়াই থাঙচী থীক্‌থোংবা শারেন য়াইনম্বনা কোইবা লমদা খোঁশাবা, রায়শেন লাম্বা থীংপা থারঙপা, থাঙপা পুনেম শাক্ববু কাইনা হুল্লে অত্ত নোংগীবু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ থীংপাই থারঙপা থীং-পা পুনেম শাক্ববু কাইনা হুনবা-ও তৌনা কৌএ। মদাইরেম নোংয়ায় হাওচা তৌরেনরাক খোনফবনা নোংয়ায় ইপুথৌ অতোন লৈমাবা-ও নদাইরেম ফৈদা তরে নামফেগীনা লীচৈ তরান ফৈনা হাই থোঙলেন নাকপক মতাই কাঙ শরীক খিং খিং লাইগা হোই, নোংয়ায় থাথা অদোন লাইথানা চরাং হুয়মৈককপু য়েনপুম্‌শা, হৈকক নারেং পোক্কেংশা, ঙাখু তরা কংনা নোংহামলে। নবেন রাংঙমলোন খোংঙাই থোঙ মকুমশা নোংয়ায় শাকু তাইরোং মনবু পাকলোই শা ঈ তাই। থাঙকোই য়াংনম্‌শেন্‌, পাইখু লেংহান্নবা কাঙচীন্‌ লমতারৈবু ভুংথাংনা, খোকলাং লেংদা থোং খৌতি নানমস্থ ককলু শেংশৌননা য়াওরো শাচেনকুমপু ফংলকলে। লোইদাম কুমশারা-ও ইনুং কৌবা শোয়রে চীংখোঙ য়াহৌরো হায়না মদাইরেম হাওচা তৌরেনরাক খোনফবনা য়াহৌ নিংথৌ অদোন থীঙ্কোন হুনবা, পাসি লাঙলোই ঙম্বা য়াঙলা চাহৈ নেৎপা পাঙন মারা খুল্লেন চাইবা রায়শেন লাম্ববা থীংপাই থারঙপা, থীংপা পুনেম শাফবব্‌ কাইনা হুনবা-ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন থীংকোন হুনবদি কোল্লোয় মিংথোং-গীবু চুনবনে ॥০॥

---

থায়াঙ মথৌমন চুংশেন ময়ান ওন্দি—মতীক মথৌনাদি। অতুত্ত মদোমদে —অতুদস্থ নত্তে। হাওরৈ—মায়গৈ। লাইনা পাংবরম—অবাং থংবা মায়গৈ। খোশাবা—লান্দাবা। কাইনা হুল্লে—লান্দা ঙমলে। মদাইরেম—মনাই। নোংয়ায় ইপুংথৌ—খুমন ইনিংথৌ। অতোন—খুমন। লৈমাবা—নিংথৌ। নদাইরেম—ননাই। থোঙলেন-থোঙজাউ। নোংহামলে—ঙাইতুনা লৈরে।

পাকলোই—কোয়েং। পাইখু লেংহান্নবা—লেংবান্দগী য়াম্বতুনা। ভুংথাংনা —ভুঙ্গা থাংতুনা য়ানবা পুবা। খোকলাং লেংদা থোং—তা মথোকনা লেংবা থোংনা পুতুনা। ইনুং কৌবা শোয়রে—নোং ঙাল্লে। বাক খোনফবা—ইশৈ

নবেন নোংমায় খূমন লৈমা ঙান্নুরোন শঙলৈমা হাওয়েন থোংতৌবীও কৌএ। শঙলৈমা হাওয়েন থোংতৌবী কৌবদি করৌনোংগীনো ? নোংমায় খূমন লৈমানা হন্নু ময়াই কারবগী মপারি শাংতে মমোম ফুয়ত্রবগী দমক কোয়ৌ নুমিৎমাবু মমাইবা নোংচূপ হাওয়রোং মাইবু থৌনেকখিয়ে। নোংমায় ইমাইবা-ও খূমন নরৈমাবী ঐবু ইপারি শাংতা ইমোম ফুয়দবা অসিবু নোংমায় ইপা লাই খূমন ইপু লাইবু কৌবা লাকথোঙকা, চীংঙু থোংপান রায়না কোয়ৌ লন শাবিও হায়না থৌনেকখিয়ে। মমাইবা নোংচূপ হায়রোং তাপুং মাইনা পাওমেনখিএ। নোংমায় ঈরৈমাপী নঙনা নপারি শাংতা নমোম ফুয়দবা অসিবু হাওয়েন খোংগা তৌ য়াংগোই ঈগা থেমনা শোইনিসে হায়না রাহমখিয়ে। নোংমায় পূমনা হূপ অদোন পাকনা তাইনা হাওয়েন খোংগা তৌ য়াংগোই ঈগা থেমনা শোইনিববু মপারি শাত্তা মমোম ফুয়দরবগী কোয়ৌ নুমিৎমদি অদোন মমাইবা নোংচূপ হাওয়রোং তাপূং মাইগী মশানৌ থীংপা কৈথৌ মাইবু থৌনেকখিয়ে। নোংমায় ইমাইবা থীংপা কৈথৌ মাই-ও নঙবু খোমলেন মঙচঙলা-ও হায়না পাওমেল্লবগা কৈরোয় মঙতারক ঙাইখোং তোনপা পাউনৌরকতা চামলৌ লারোন ঙৈথিংয়ৈ, চেঙেঙৌ ফাহাপনা য়েক্রম কাংখিম্না, নোইমু থুমজা মায়ঙৌবীবু কাকুপ চন, শিংশকপা খোঞেন ফবা।

মাঙলা চাহৈ নেৎপা—মাঙলা চাহৈ ঙম্বা। চাইবা—চাইথাইবা। লাম্বা—লান ঙম্বা। কাইনা হনবা—লান ঙম্বা। ঙান্নুরোন—ঙানবা শলাই ওইবা য়ুমনাক্কী চনু। হন্নু ময়াই কারবগী—অহন ওইরবগী। মপারি শাংতে মমোম ফুয়ত্রবগীদমক—মচা নিপা নূপী পোক্ত্রবগী। থৌনেকখিয়ে—নেকখি। ইমাইবা—ঐখোয়গী মাইবা। নরৈমাবী—নখোয়গী মহারাণী। ইপারি শাংতা ইমোম ফুয়দবা অসিবু—ইচা নিপা নূপী পোক্তবা অসিবু। নোংমায় ইপা লাই খূমন ইপু লাইবু—খূমন পোকপা লাইবু। কোয়ৌ লন শাবি-ও—লাই থৌরম্বি-ও। শোইনিসে—অঙাং পোকচগে হায়না লাই থৌরমসে। রাহমখি—রা হায়খি। নোংমায় পূমনা হূপ অদোন পাকনা তাইনা—খূমন মখাম হৌতুনা। মশানৌ—মনাউ নিপা। খোমলেন মঙ চঙলা ও—মঙ চঙেঙা লাউ।

শিং লাগারোম, কূরেক্ক খায়চা য়ান, য়েনপা খুয়ো থাং, কিমু লৈরুমশী, লুখুম মঙ পোং থানা খোমলেন মঙ চঙখিয়ে। খোইমোম লায়রিংথো নোংয়ায় পো-কমাবা খুমন শাংমাবনা খোমলেন মঙপাউ চেল্লকএ। তয়ম থীংপা কৈথো মাই-ও নোংয়ায় মরৈমাবীনা হাওয়েন অরেম্ববু খোংগা তৌ, য়াংগোই অতিং-ঙাবু ঈ-কা থেমনা শোইনিএ। নোংয়ায় নরৈমানা মপারি শাংকে হায়রবদি নবেন খোইমোম লাইরেশ্মা ঈরোঙ লৈমা থাম্বী ঙম্বী, লাশিং লোক পানবা ফাবী সনা মখোঙথা থৌপান হুমচীন্ হুময়ারোঙদম্ভ, নোংপোক সনা থুম্বীচীং, ঙাইথম চীং মতোন্দা লাংলেন কোঙয়াং রাগা লিংনা, থাঙলেন নাপন হাই কচেং য়োংহকচন্না শোই নিও হায়না খোমলেন মঙফাওরকএ। নোংয়ায় মরৈমাবীনা নোংপোক সনা থুমবী চীংদা লাংলেন কোঙয়াং রাগা লিং থৌবান হুমচীন হুময়ারোঙদা থাঙলেন নাপন হাই কচেং য়োংহক চন্না কোঙয়াং রাগা লিং ইংখোন কৈরোয় খা নোংয়ায় পুমনা হুপনা শোইনিরবদা লাংলেন রাপন ফারকলবগা মপারি কাঙচীন লৈনাউ তাববু শাংলকএ। হয়েং লাংহৈ কুম্মা ওল্লকলবদা থাঙলেন অমরক নাপন্ হাই কচেং য়োংহক চন্ কাপ্পু লৈখৈ লেংনা শোইনিরবদা মপারি শেক্কু কাইনৌ চীংশোম্ববু শাংলকলে। অছু নোংগীবু ঙাম্নয়োন শঙলৈমা হাওয়েন খোংতৌবী য়াংগোই ঈ থেম্বী নোংপোক সনা থুম্বীচীং ঙাইথম চীং মতোন্দা কোঙয়াং রাথাবী, থৌবান হুমচীন হুময়ারোঙদা নেম্বী তুম্বো চোংনা শোই নিবা-ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় খুমন লৈমা শঙলৈমা থীংকোনশু পায়মা

---

চামলো—লা। চেঙেঙৌ ফাহাপননা—চেঙ অঙৌবা ইকা ফানা হাপ্পুনা। নোইমু থমজা মায়ঙৌবীবু কাকুপ চন—থুমপাক অঙৌবা অনী কাওপননা হাপ্পনা। খোই-মোম—লাই। পোকমাবা শাংমাবনা—অপোকপা লাইনা। তয়ম—ইনাই। নোংয়ায় মরৈমাবীনা—খুমলৈমনা। মপারি শাংকে হায়রবদি—মচা নিপা পোক্কে হায়রবদি। লাংলেন কোঙয়াং রাগা লিংনা—রা পাম্বী থাড়না। ইংখোন কৈরোয় খা—শয়ন খিংবা।

পুমনা হুপনা—ময়াম হৌদ্রনা। লাংলেন রাপান ফারকলবগা—রা পাম্বী পান্দোং ফানা চাউরকলবদা। শাংলকএ—পোকলকএ। লাংহৈ কুম্মা ওল্লকল-বগা—চহী অমা কারগা। থাঙলেন নাপন হাই—থাঙনা নাপী হাইদেক্কুনা।

লিনকোয়গী নয়ু নোংয়ায় থূমন নিংথৌ কাঙচীন লৈনাউ তাবা-ও তৌনা কৌএ। অদোন কাঙচীন লৈনাউ তাবা কৌবদি কদৌনোংগীনো ? নয়ুরা চীংথোঙ পোইরৈতোন মপারি কাঙতোন লৈমোবা মিংবু মৈনা য়ায়না মিংথোংফবা নোংয়ায় তানথোঙ লমমাইহনবীবু কোম্লোয় শীন্‌পায়া লাংহৈ শীংতিয়না নোংয়ায় লৈকংলাদা লুকোয় পানফোইঙৈ, লুকোয় শল্লাই হেয়া চিয়লৈবু নোংয়ায়না তেংথানা য়াংস্থুবু কাঙচীন-ও কৌএ। কাঙচীন লমতা লৈবু তুংথাংননা লাল্লোই লমওনবা নাউতু থোংলেন ইয়া অয়াঙ লমচেন্‌ঙৈ য়াংস্থু কাঙচীন লৈনামাপু মাল্লেম লৈদা তারমএ অহু নোংগীবু নিংথৌ কাঙ-চীন লৈনাউ তাবা-ও কৌএ। নোংয়ায় লমলেন মদাইমাস্থুঙ কাঙচীন লম-তাইপান-ও থোরৈএ। নোংয়ায় থূমন নিংথৌ কাঙচীন লৈনাউতাবা থায়াঙ মথৌমন্দি হাওরৈ নোংচূপলা পাংবরম লমলেন লোয়য়া কাংঙমুং নিংথৌ য়ুকাংবা ময়িমনাকপু নোংয়াথ লমচনগে হায়বগী তল্লা উতোনথক্তা নোংয়ায় কাইয়েংঙৈ পোইরৈ মৈতৈ চিমায়াংবা লোয়য়া কাইমু থৌববু পামেন উথোঙ থাদা মশম মনা থোমনা চোংনা নমনা ফারোএ। নমূকা চোংমহন ও কৌএ। নোংয়ায় থূমন নিংথৌনা লোয়য়া কাংঙমুং নমফাদা থোংহমনগী লময়ায় চিমা-য়াংবা কাবা-ও তৌনা কৌএ। অদোন কাঙচীন লৈনাউতাবদি কোম্লোয় মিংথোনগীবু চূনবনে।

নবেন নোংয়ায় থূমন লৈমা য়োয়রুমলোন থোংলৈমা-ও তৌনা কৌএ। য়োয়রুমলোন থোংলৈমা কৌবদি কদৌনোংগীনো ? নোংয়ায়

---

কচেং য়োংহকচন—য়োংনা লৈপাক তৌথোক্লূনা। কাপ্তু লৈথৈ লেংনা—চেগপ লাকতুনা। শোইনিরবদা—মচা পোকনবা লাই থুরুমলবদা। নেম্বী—শীংনাং। তেংথানা—হায়ননা। কাঙচীন—য়াংস্থু। নাউতু থোংলেন—নাউতুথোং। য়াংস্থু কাঙচীন লৈনামাপু মালেম লৈদা তারম্মে—য়াংস্থু লৈ মনা অমা লৈপাক্তা তারম্মে। থায়াঙ মথৌমন্দি—মতীক মথৌনাদি। হাওরৈ নোংচূপলা পাংবা লম—নোংচূপ থংবা মায়গৈ। তল্লা উতোনথক্তা—উ মথক্তা। পোইরৈ—মৈতৈ। ফারোএ—কায়োএ।

থীকনেমথোং, হাওড়িঙ নামাপী পাউচেন থোংপু থোংলেন মন্নিন ইন্না খুমন পূমনা হুপ নোংঘায় পাকনা তাইনা থোংলেম মন্নিন তেংখিয়ে। মায়িম নোংয়ায় খুমন লৈমনা সনা য়াইগা হুন, লুপা য়াইগা থানা য়েরুম লৈ পীয়ে, চেঙেঙী খয়োম শানা শারেন শানৈএ, য়াংলৈ য়ুনৈএ। তরা চেঙপুম পৈনা হোঙনেম্মে, অছু নোংগীবু নোংয়ায় খুমন লৈমা য়োয়রুমলোন থোংলৈমা-ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় থীকমনেমথোং খুমন য়াংতৌ অচেন থোং. মরান য়াইথীং হুরুচৌবা লাক্কাপায়া লেপনা নোংহামথোং, কোয়ী শনচুনথোং কোনঙৌ পূময়োম থোংবু থোংলেন মন্নিন তেংনা হোঙনেখী পায়মা লিনগোয়গী নয়ু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ ঈকোপ লাম্বাবা-ও কৌএ। অদোন ঈকোপ লাম্ববা-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো? হাওরৈ থানা পাংবা লম, লমলেন যেনচী কোপ ঈকোপ লাইপন শোয়দা হুয়েন লান্দাখিয়ে। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্গাইবা কাওরেন মশনচা ভাঙবা পামহৈবাগা হুয়তাউ নিংথৌ য়েনকাপা কাওরেন মখঞ্চা মানবী চীংলোয়বীগা কাওরেন অনীমা লাইথেংনা মানবী চীয়েনববু কাওরেন পামহৈবনা হামুন চারা পানবী লেপ্তম মৈববু পাম্ব, হাইবগুম হাইথোকলে। কাওরেন মচী কোপলে। চীকোপও কৌববু নোংয়ায় হাইমন কাইবনা ঈকোপও থোয়ৈএ। লমলেন হৈরেম মরকশি কোনয়া থৈথিংপন-ও কৌবদি কদৌনোংগীদো? নোংয়ায় চীকোপ-ও কৌববু নোংয়ায় হায়মন কাইবনা ঈকোপ-ও থোয়েএ।

---

য়োয়রুমলোম—লুয়াং য়েক ওইবা য়ুমনাক্কী নিঙেঙান। থোংলেন মন্নিন ইন্না—থোংলম মতুং ইন্না। থোংলম মন্নিন তেংখিয়ে—থোংগী ঈরম তেংথখি। নোংয়ায় খুমন লৈমনা—খুমন লৈমাবীনা। সনা য়াইগা হুন লুপা য়াইগা থানা—সনা লুপা কোনয়াই লন্নুনা। য়াংলৈ—য়ু। তরা চেঙপূম পৈনা—চেঙ পৈহুনা। হোঙনেম্মে—কুম্মে তৌএ। হুরুচৌবা—মশা চাউবা।

হুয়েন লান্দাখি—লান তাখি. লাম চংখি। ভাঙবা পামহৈবা—খুমন নিংথৌ চী থোঙ থোঙ্গাইবগী শন। কাওরেন অনীমা লাইথেংনা মানবী চীয়েনববু—শন কাও অনী যাইনববু। কাওরেন মচী—শন মচী। খুমন নিংথৌ অদোন পুনশিবা মশানৌ অতোনবা—খুমন নিংথৌ পুনশিবগী মনাউ নিপা অতোম্বা। য়াওয়ৌ শা

লাম্নলেন খুমন নিংথৌ অদোন পুনশিবা মশানৌ অতোনবা নোংঘায় লোনম্বাক্লা রাওরো শা নাবদা খুমন লোনবাম্বদি তাল্লোয় য়ামনা লোনবগী লুমলেন খম্বম্নবনা তরা চায়োম্বীদা রাংলৈ খোমহান্নাবদবগী অদোন মপাচাবু ভাংজা ঈকাইরবগী পাংপান কোনয়া অচনবদা তরা চাপূক লাম্না মতোম মরক ওইনা লিয়ে। অহু নোংগীবু হৈরেম মরুকশি কোনয়া থৈথিংপান-ও তৌনা কৌএ। হৈরম মরুকশি কোনয়া থৈথিংপান নোংপোক হাওরশী লাই-মল্লাংদা হুয়েন লান্দারুববু হৈরেম আকায়াও খুঞ্চান মকুয়াওবু ঈকোপ লাইজা ঈদা তাম্না ফাব্রকএ। অহু নোংগীবু খোংলৈমাচা ঈকোপ লাম্বাবা-ও তৌনা কৌএ। অদোন থায়াও মথৌমন চুংশেন মরান ওন্দি অহুম্ভ মদোমদে কেগে মোইরাং নিংথৌ শাংতোন লৈনাউতাবনা রাকয়ৈ মৈরোঙবা তোংচেং লুমাতোম্পা হিবু শমু খোঙওইননা খুমন মংখূ-লাঙাকপী তাইকোন লৌশউবীবু ফাগে হায়না হুয়েন লান্তারকপবু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ খোংলৈমাচা ঈকোপ লাম্বনা মদাই-রেম নোংয়ায় পুমনা হুপনা হুয়েন লান্দাল্লকপদি কেগে লান চাইথোকলে। থৌবান লাইজা ঈরম ইন্না হুয়েন লান্তাখিববু মায়ম কেগে মোইরাংদি তুরেন লৈরাই মুংবীথক্তা নোংয়ায় ফৌগাক চাউপু ফৈনা শম্না রাকয়ৈ মখুনেৎপূ তোংচেং নাউরমতা হীরী নাম্বেং লোন্না রাকয়ৈ হি চিংথওম্বদা তানফংলুরে। অদোন থায়াও কোন্দাইরোনবশিংনা কেগে লানয়াম ফানা মোইরাং লানয়াম তুরে। কেগে মরোং চৈচেনবশিংদি থরায় মিরেন পাইনা তৌরেন খাংপোকলুংদা শাম্থ প্পশিংবু পোনবী শাতাবা, উরেন পেংচোইবা

---

নাবা—শা তানবা। তাল্লোয় য়ামনা লোনবগী—নূপী য়ামনা খিবগী। লুমলেন খম্বম্নবনা—নূপী মশেন খম্বম্নবনা। তরা—চাক। মপাচাবু—মাগী শাগে নাতৈবু। কোনয়া—পাং মপান, পাংয়া। তরা চাপূক লামনা—চাক লানচুনা। হৈরেম খুঞ্চান—মমাইঙেদা খুমনগী থা থংবদা লৈরম্বা লম অমা। লাইজা ঈদা—ঈশিংদা। কেগে—মোইরাং। রাকয়ৈ—হি। রাকয়ৈ খোঙওইননা—হি তোংচুনা। হুয়েন লান্তারকপবু—লান লাকপবু। হুয়েন লান চাইথোকএ—লান থ্ গায়রে।

ফৈনা শমনা—তুবংনা শমচুনা। তানফংলুরে—ফংঙুরে, থেংনারুরে। অদোন থায়াও কোন্দাইরোনবশিংনা—খুমনগী অথৌবশিংনা। কেগে মরোং চৈচেনবশিংদি—মোইরাং লানচেনবা মীশিংদি। থরাই মিরেন পাইনা—মিপাই থাবাইনা।

ফাওম ফারে। লোক্তাক লাইজা ঈদা কূমনা চেন্নবদি লেমলৈ অঙ্গা রাঞ্জেং অহাবা ফাবগুম ফানরে। ঙাশিং থমতৌপীচা য়ৈগুম য়ৈনরে। মযিম কেগে মোইরাংদি য়ামনা কূংনা শিরে। হয়েং নোংয়ায় চাত্তোয়া কাউদনবা অদোন শূত্তোয়া নিন্দনববু নোংয়ায় পূংলেনমাগা হুয়েন লানপূম্বগা থোল্লম্মে। অছু নোংগীবু লমলেন কূংনা শি পূংয়াম থোন-ও কৌএ। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ লোক্তাক লাম্বাবা লমম্নায় পূংয়াম তানফংবা কেগে মোইরাং নিংথৌ শাংতোন লাইনৌতাবা রাকয়ৈ মখূনেৎ তোংচেং হৈনৌপা লোকপা-ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ খোংলৈমাচা শাংতোন লাইনৌ ঙম্বদি চেংলৌশকনা হেনবা পূন্নুং লিম্না ঙানবনে। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ ঈকোপ লাম্থবদি কোলোয় মিংথোংগীবু চূনবনে।

নবেন নোংয়ায় খুমন লৈমা রাংঙমলোন নাউরেমতোন ও কৌএ। রাংঙমলোন নাউরেমতোন কৌবদি কদোনোংগীনো? লাইরেন মৈতেংঙু য়াংলৌ কৈফাবনা মমোম লুপা কোনথাং য়াম্বীরক্তগী তোম্না নৌনা ফুয়এ হায়বগী রাংঙমলোন নাউরেম তোন ও তৌনা কৌএ। মছু থোংচু নাহা নাছই-পাম্ববু চাখা রাকচীং পনমৈ খাদা নোংহামলববু ইমু মমৈ থকলমথক্তা

---

শাম্বূপ্পশিংবু—লোৎপা মীশিং অছু। পোনবী শাতাবা—মশা তারবা উচেক। লোক্তাক লাইজা ঈদা—লোক্তাকী ঈশিংদা। লেমলৈ—ঙা। রাঞ্জেং—ঙা। লোক্তাক লাম্বাবা—লোক্তাকতা লান ঙম্বা। তানফংবা—ফংবা। রাকয়ৈ—হি। রাকয়ৈ মখূনেং—তোংনা হি। তোংচেং—হি। লোকপা—লান্দা খোম্বা, লান্দা মূনবা পোং। চেংলৌ শকনা হেনবা—শক ফজবা। পূন্নুং লিম্না ঙানবা—বুদ্ধি লৌশিং চঙথোনবা।

নোংয়ায় খুমন লৈমা—খুমন লৈমাবী। লাইরেন মৈতেংঙু—মৈতৈ নিংথৌ। য়াংলৌ কৈফাবা—মৈতৈ নিংথৌ চেংলৈ ইপান লাম্থবনা লাম্বাস্থ পায়রুনা য়াংলৌ কৈফাবা পোকই। য়াংলৌ কৈফাবনা চেংলৈ ইপান লাম্থবগী মছুত্তা খৃঃ ১৬৯ দগী ৭৮৪ ফাওবা নিংথৌ ওইখি। তোম্না নৌনা ফুয়এ—ইকোন কোম্না পোকএ। মছু-মবুং নত্রগা মৌপ্না। নাছই পাম্বা—মৈদিংঙু য়াংলৌ কৈফাবনা থোঙলৈমা মূবীশূ পায়রুন। পোকপা মৈতৈ নিংথৌমচানি। নোংহামলববু—শিরববু। ইমু মমৈ থকলমথক্তা ঈঙৌ মমৈ কংলম কংদনা—ঈশিং কংলম কংকাত্তনা। কাইনা হনবী—লান্দা ঙম্বী।

ঈঙৌ মমৈ কংলম কংদনা লানশীং তানবী, তাংখুন হাওকুরেক হাও খোঙশাং আমা থুমশা মাঙবু কাইনা হনবী রাংঙমলোন নাউরেমতোন চাখা রাকচীংঙবী আমু থুমশা মাঙফাবী পায়মা লিনগোয়গী নম্মু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ, খৌবান নিংথৌ য়োইরাংপোক পুনশিবা কোল্লোয় মমিংথোংবু মৈনা রাইনা মিংথোংএ। অদোন পুনশিবা খুরেন চনবা কৌবদি ফুবা লাইমাকোন চীংপা উতংপোক্তা পানবা হৈ. চীংপা হৈপুং য়ারেন খোংচি কুম্ব্রামক্তা চেনশিন হৈ, তাউজীং উনামতানা তল্লা শাপী লোয়রবা পামেন উকা শেংথরববু খোয়মা লিরেনতোন লিরেন য়াইথমপোঙ, ঙাইখোং তাপুং চীংচাউলী, খুরোয় লীতাং শাংনা লিরেন তংখায় লৌ, শংকাই তোন্নান থোই, হৈরাঙ খুরেন চন্না য়োয়ওইহাল্লে হায়দবরা? অহু নোংগীবু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ পুনশি খুরেন চনবা-ও তৌনা কৌএ। অদোন পুনশি খুরেন চনবদি হাওরৈ খানা পাংবরম, কেগে হাওতাক শনফম য়া খুগা তুম্মুংপোক, মায়তোঙবা লাইহোই লম, খেকেরেক লৈপুংমান শঙ্কা পুংফৈরম, মোইরাং কামুতাক্তা খৌশাথবদি হুয়েন লাল্লিগীদি কেগে হেন্নু থরোঞ্জা মোইরাং য়াম্বী শোয়শেনববু কাইনা হুল্লে হায়দবরা? নোংয়ায় রাকয়ৈ মথুনেৎ লৈতাঙ ঙম্বা চোংখু ফাবা খারা পুং লৈফংবা হিবু রাকয়ৈ খোঙ ওইননা মদাইরেম খুমন তাউখুচা খুৎলোঙবনা তোংচেং হিনাউশা রাকয়ৈ মরাঙ হৌনা মরান ওন্দেরকপদা খুঞ্চান হেমখু কানাইচা খোয়মা কায়াং পুং

---

পায়মা লিনগোয়গী—মপুক্তগী, গর্ভদগী। নম্মু—নবুথো। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ—খুমন লৈমাবা। য়োইরাংপোক পুন্সিবা—লুংবা অহনবনা লৈমা থমোইরেম্বী কৌহনা পোকপা মচা নিপানি, মহাক্না খুমনগী নিংথৌ ওইহনা খৌবান্দা পানখি। মৈনা রাইনা—মতুং ইন্দুনা। মিংথোংএ—মমিং কৌএ। য়ারেন কুম্ব্রামক্তা—য়া কুম্ব্রাদা তাউজীং—হৈ। তল্লা-উজাউ। পামেন—উ। তল্লা শাপী লোয়রবা পামেন উকা শেংথরবা—উ ময়াম্বদা শেংথরহনা ভাগদৌরবা উজাউ। লীরেন তনখায় লৌ—লী তংখায় খায়হনা ইংশা। খুরেন—খুদোপ শানা কোইরপ কোয়না শেম্বা। হাওরৈ খানা পাংবরম - মখা মায়গে। খৌশাথবদি—লান্দাবদি।

কেগে—মোইরাং। কাইনা হুল্লে—লান্দা ঙমলে। নোংয়ায়—খুমন। রাকয়ৈ মথুনেৎ—তোংনাহি, থুনেং হি। রাকয়ৈ খোঙওইনন—হি তোংহনা। মদাইরেম—

তোংবা হামুন চারা কামনোইতানবনা লৈরাই মুংবী থক্তা পাওমেনগুখে। য়াম্বা নিংথৌ অদোন পুনশিবা নওনা হুয়েন লান্দারুবদি চীংদা কানা শাম্মু লৈরাং, তোকপা, কাম্বা, মুওক, পায়বং, খুপিং খুপাই য়োংমু য়োংশোন বরি ওইবা অমত্তবু হৈজরকপনো? তমদা তানা থ্‌মনাউ য়েন্নাউ পোনবী য়াঙ্‌শং করি ওইবা অমত্তবু ফাজরকপনো হায়না হুয়েন লান করেমনওম্বা বাগী নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুনশিনা তিল্লাং মথোয় শাউ য়াইবী মন্থং হৌনা তিমেন মখুৎশূনা খুঞ্জান হেমখু কানাইচাবু ইন্নুম মরুম থুপকা কৈরা মতান পাংমগা থিনফুরৌএ। অহ্ নোংগীবু তনতু লাম্বাবা-ও কৌএ। অদোন পুনশিবদি থাওয়ি য়াম তরেৎ লোইমোম ফৌ তরেৎনা য়িমচীন চাকো শাইতাননা হোওনেম্বা, কেগে হেম্মু থরোনচা মোইরাং য়াম্বী শোয়শেনবগা খুঞ্জান হেমখু কাইনাইচাগা অনীমকপু কাইনা হুনবা হায়না মিংহোংথিয়ে। নোংয়ায় চুংশেন মরান ওন্দি অহুসুও মদোমদে। লমলেন ফেঙ্কিকোপ ঈকোপ লাইপনশোয় নোংপোক হাওবংশি লাইমল্লাংদা ময়িম শেনবী তাইপোং মনিন নাইবনা চানা তেংগোন তরেৎ শুনা তাইপোং লান কারকপদা কাওরেন ওম্বা ময়ূম শল্লাউবা মচীংচীন্তা হৈরেম লৌথম লান, থমলান অচনবদা শেনবী তেংগোল লিংলবগী রাংওমলোন পানবা ফাবীনা পাওমেল্লকএ। নোংয়ায় ঈরম্বু খুমন চুম্পারেওপা মমা খোংকৈ তেকপীচা

---

মনাই। তোংচেং হিনাউশা—হিনাউ শাহুনা। মরান ওন্দেরকপদা—ময়ূমদা হল্লকপদা। খুঞ্জান—হৈরেম খুঞ্জান মচা। লৈরাই মুংবীথক্তা—লৈরাই মথক্তা, তোব্বাম মথক্তা। পাওমেনওম্মে—বা হায়রম্মে। তমদা তানা—তম্পাক্তা ভাহুনা। থ্‌মনাউ য়েন্নাউ —য়েন্নাউবী মচা। পোনবী—উচেক। হুয়েন লান করেম ওম্বা বাগী—শাগ্রেম লাক-গ্রেমনরম্বগী। তিল্লাং মথোয় শাউনা—য়ামনা থোয়দোকনা শাউহুনা। য়াইবী মন্থং হৌনা—থম্মোই থীংনা শাউহুনা। তিমেন খুত্তা শূনা—খুত্তা তা পায়হুনা। ইন্নুম মরুম থুপ—য়েম্পাক। কৈয়া মতান পাংমগা—মকৈগল নাম্বগা। থিনফুরৌএ—থিম্বুরৌএ। থাওয়ি—ফৌ। লোইমোম—ফৌ। হোওনেম্বা—কৃশ্নৈ তৌবা। মিংহোংথিয়ে—মমিং হোংথিএ। শেনবী—কবো।

লোইবী তরাউ লমবুবা নওবু লাউ-ও। থাঙয়ি উথুম থুম্বীচা লৈতাও কোন-থৈ অশৈবা, হৈরেম কচেং নাইফা চাকহাই খীবা চকলাই ফান্দোননী অতোনবনা ওইখিচেক অসিবু পোনচেং লাইচম হান, লুংবান নাউখোংচায়া চানকোন চেক পোনবী শেক্কুরেক অঙৌবগী শারা লৈরীক চীনপু রাককেন তাং মঙ্গুংদা পীশিন খোমজুকচন্না পোনবী থুত্তা শু লৈরাং খয়োম শানা লম-ওকনরুও। লাইরেন ইপা মৈতেংঙুগী য়ুমলক লানচনলৈ, থোংখোঙ লান-হালৈবু ওইনমুনো লাইরেন ইপা মৈতেংঙু লোইনাই কৌবা খুমোম্বা, পথুপ নেনবা মরোল থাং চেন চাইবদা হায়রুও। শেনবী তাইপোং মনিন নাইবনা চানা তেংগোল তরেৎশুনা নোংয়ায় য়িমথৈ ফং, খুমন পনয়া পকনা পনথেংগে কুমলকলে। লাইরেন ইপা মৈতেংঙু পোইরৈ নঙগী শেল্লৈপাক অদোন পাইরৈঙাইনে। হুয়েন লান লুম্বিরাও, থৌরৈ তেঙ-পাংলা-ও। চেঙচা ঙমলুম্বীরা-ও। নমোম তম্পা রাংঙমলোন ঐদি কোয়ৌ থোইনা য়েং রাংবন পাংনা য়েংনা নোংথোইরে। পিরেম খকমাতা মালেম লৈদা ওন্না মীকপলে। নোংয়ায় লাঙতকনা অদোন লাঙকেম্মরে। নমোম তম্ফা রাংঙমলোন লময়ায় কোয়রেন লাম্ববী লাংগোই মরাম্বা ফাবীদি পায়মা লুংহাঙননা উনবী শেল্লোঙ নীকলে। লাইরেন ইপা মৈতেংঙুবু হুয়েন লান লুমবীরা-ও হায়না থৌশীখিয়ে। মদাইরেম নোংয়ায় মরমু খুমন চুম্পারেঙপানা লাইরেন মৈতেংঙু লোইনাই খুমোম্বা তুবী সনা মখোঙ খাদা মানবী খুদপনা মুকমু লৈতোন কোয়া রাকচখিয়ে। লাইরেন মৈতেংঙু ইবুংঙু তা-ও। ননোম তম্ফা রাংঙমলোন নোংয়ায় খুমন লৈমা কোয়োয়

---

অশৈবা—ঈশৈ শকপা। ওইখিচেক—ওইখিবা উচেক। পোনচেং লাইচম হান-পোন মঙ্গুংদা হাপ্পা। লুংবান—লুবাং। পোনবী শেক্কুরেক অঙৌবা—উয়েক। লাইরেন—মৈতৈ নিংথৌ। লোইনাই খমোম্বা—মৈতৈ নিংথৌ খুমোম্বা। পথেংগে কুমলকলে—লান্দাগে লাকলে।

কোয়ৌ—অতিয়া। রাংবন—অতিয়া। নোংথোইরে—মতম লেপ্লে। পিরেম খকমা তা—পি তাহুনা, পি শিন্থুনা। মালেম লৈদা ওন্না—লৈপাক্কা ওন্দুনা। মীকপলে—কপলে। নমোম—নচা নুপী। পায়মা লুংহাঙননা উনবী শেল্লোঙ নীকলে—থাথল চম্লরে। মানবী খুদপনা মুকমু লৈতোন কোয়া রাকচখিয়ে—খুদক

মপাওমেন খুংশি ময়াথংবু পাওমেল্লকএ হায়না লাইরেন মৈতেংঙু লা ম্নাকচ্চরবগী মৈতেংঙু নোইনাই খুমোম্বনা মমোম নোংয়ায় খুমল্লেমা কোক্লোয় মতীনমেন খুংশিববু না তারবগী পোইরৈ থায়াও কোন্দাই লোনবশিংবু কংলা য়াইবুং থীগ্না পাউ কৌখৎলবদা তয়মশিংও নোংয়ায় শেল্লৈপাক অদোন পোইরৈপাকপু ময়ুম শেনবী চানা তেংগোল তরেৎ শুনা হুয়েন লান কারকএ হায়না ইমোম য়্রাংঙমলোন পানবা ফাবীনা হুয়েন লান নেকলয়ে হায়না পাওমেল্লবগা পোইরৈ থায়াও কোন্দাই লোনবা পূমনমক্তি হাওরৈ খানা পাংবরম হুয়েন লান্দাখিয়ে। ময়ুম নোংয়ায় মনিন নাইবম্মুও পোইরৈ তানদবগা শেনবীচা তেংগোল তরেৎমকপু কবো মায়ওক্লনা তাইপোং নেৎচেৎ য়াম্না চানা তেংগোল চাইরে। হুয়েন লাম্নিগীদি শেনবী আতাউবা পুমিংনবা কবো আপো তাউবা পামিংনবা চানীংশিং পোনথ্রও লায়রবা সনা চীনবান থোংনা চাশায়বা লূপা চীনবান থোংনা লীয়োংবা সনা কোনমিংনবা লাখম কৌবম্মুও কাইনা হুল্লে। চকমোম খাম্বী মৈগা খুনা নোংয়ায় শীংচারক্কী খোমাঙ্গল্লে খুমন ঙাংচরক্কী তিনশিল্লে। মৈতেংঙু নোইনাই খুমোম্বা-ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় মরাম্থোঙদা ঙানবা হাওথাও কৌবা অথৌববু নোংমল্লে। পোইরৈ মরাম্থোঙদা মচী চাউবা লাংপোক ঙম্ববু নোং-

---

কুয়: হংগচ্চখি। কোক্লোয় মতীনমেন খুংশিববু- খুংশিনা মপাউবু। পোইরৈ থায়াও কোন্দাই লোনবশিংবু—মৈতৈ অকল অথৌশিংবু।

কংলা য়াইবুং থীগ্না পাউ কৌখৎলবগা—লানবুং মৈহুনা মায়াম খোমগৎলগা। তয়মশিংও—ইনাইশা। শেনবীচা—কবো মচা। পোইরৈ—মৈতৈ। হুয়েন লান কারকএ—লানগারকএ, লান লাকএ। পাম্বা—কৈ। নোংয়ায় মনিন নাইবম্মুও—খুমন মী ময়ামম্তু। পোইরৈ তানদবগা—মী য়ামনা তাবা মৈতৈ ময়ামগা। তাইপোং নেৎচেৎ য়াম্না চানা তেংগোল চাইরে—ঙৈরাগী তাইপোংগী তেংগোল থুগাইহুনা চাইখাইরে। পামিংনবা—মপাগা মিং মান্নবা। পুমিংনবা—মপুগা মিং মান্নবা। চকমোম—মৈ। খাম্বী—মৈ। নোংমল্লে—শিরে।

নোংহামলে—শিরে। অহু নোংগীবু—অহুদগী হৌনা। মৈতেংঙু—মৈতৈ নিংথৌ। ঈকোপ লাম্বা—ঈকোপ্পা লান ঙম্বা। চানা তেংগোল তরেৎ

হামলে। কেগে মরানথোঙদা হায়ুপন মনাউবু কাপ্ কংলে হায়দবরা? অহূ নোংগীবু মৈতেংঙু নোইনাই খুমোম্বা কৌবদি কদৌনগো? মৈতেংঙ ঈকোপ লাম্বা নোংয়ায় শীংচাবক্কী খোমজিনবা অদোন ঙাংজরক্কী তিনশিনবা চানা তেংগোল তরেৎ চাইনা চোয়নৌ সনা কোনমিংনবা লাথম লানথৌ-য়াঙবু কাইনা হুনবা-ও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুনশিবস্থুঙ ঈকোপ লাম্বা চাংগ্রঙ চাংনিঙশিং পোনগ্রঙ লায়রবা ফাবা ঈকোপ থোঙকেন থৌবা-ও কৌএ। নোংয়ায় খাথা লাইথা হুয়তাউ থোঙ-থীন য়িমনীং য়িম্মাঙ তানদনা পানবা পূংদা য়িমলক নাইফা রা পানম্ শনতান্ রা, মীতু শকপাম রা লৌরক শীংকোংরা, খুৎতুম মীতাক রা, শমলাং তোংচিংরা, তুন্থুং লংলা পূনগুম্বা শারেন মীশুংলাংবু য়েনহৈবা, লেমলৈ মীঙাথোপ্পু হায়হৈয়ে হায়বগীদমক লেমলোয় নিংথৌ হায়হৈবা-ও তৌনা কৌএ। লেমলোয় নিংথৌ হায়হৈবদি অহোঙ তানফংলে, চীংয়া থেন থেৎলে, থাঙয়ি য়াম তরেৎ লোইমোম ফৌ তরেৎনা য়িমচীন চাকো শাইত্তা নাইনা হোঙনেম্বা, নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুনশিবা-ও তৌনা কৌএ। অদোন পুনশিবদি কোল্লোয় মিংথোংগীবু চূনবনে ॥০॥

নবেন নোংয়ায় খুমন লৈমা রাংঙলোন পানবা ফাবী-ও কৌএ। রাংঙমলোন পানবা ফাবী কৌবদি কদৌদোংগীনো? পানবা অথৌবা কৈরেন উম্বীশা, শারেন হুপুবা, ঈরোক শাথৌবা, চীংয়া পনকোয়বা, শাহু-

---

চাইবা—তেংগোল তরেৎ থগাইবা। চোয়নৌ—সনা। লানথৌয়াঙ—লাম্দা থৌবা। নোংয়ায় খাথা লাইথা······································

···তানদনা পানবা পূংদা—খা অরাং মনীং মমাঙ মী য়ামনা হুংঙাই মরাং কায়না পানবা খুমন লৈবাক্তা। তুন্থুং লংলা পূনগুম্বা—লং পূনবগুম্বা।

তানফংলে—ফংলে। থাঙয়ি—ফৌ। লোইমোম—ফৌ। হোঙনেম্বা—কুম্মৈ তৌবা। রাংঙমলোন—মৈতৈ নিংথৌ চহূ পানবা ফাবী—কৈ ফাবী। শারেন হু পুবা—হু চেনবা শা। কাওরেন—শল। কৈরেন—কৈ। পোইরৈনা তেংথানা মৈতৈনা হায়নবা। কৈরেন চঙনা ফারোএ—কৈ হিংনা ফাহোএ। ইমোম—ইচা নূপী।

মাকম্বা, খানবা কোয়না লংনা শাখৌবা, কাওরেন শনথিবা, কৈরেন মিমচত্তবনু মৈতেংঙু নোইনাই খুমোম্বা পানবা কৈশুমলুপা কৈরেন চঙনা কাকৌএ। পোইরৈনা তেংথানা কৈবুদি পানবা-ও কৌএ। পানবা অসিনু ইথোম রাংঙমলোনগী কোয়োয় মমিং খোমগে হায়না তম্বা রাংঙমলোন শাম্বা ফাবী-ও তৌনা কৌএ। রাংঙমলোন পানবা ফাবী লমলেন ফেনকুমৌ, লৌকু চাবু পানপা, নোংয়ায় য়াঙতকপী অদোম চাসি লৌবু অশেনবী তম্বা রাংমলোন নোংয়ায় খুমন লৈমা পানবী ফাবা পায়মা লিনকোয়বী নয় নোংয়ায় খুমন নিংথৌ চারোনবা-ও কৌএ। অদোন চারোনবা কৌবদি কদৌনোংগীনো? খুমন তাউখুচা খুংলোঙবা অদোন মিংথাঙ পাম্বগী থাঙলেন মখুংশু মায়া শানওন য়াম্বা কোয়ৌ চুমিথাঙ রাংবন নোংমিতাং, চীংফুং নোংথাঙ কুপকুম্বা থাঙলেন য়াইওইবা কচেং মিংচংপা, তায়োন খাংয়েননা থাঙ তাপুঙরাটহুইথাঙ, লোইবী চীংপুরোইবা হেম্বা তম্বু থনরা রাংগোন লোইকা তাম্বা পুমনমকপু খুনঙম থাঙ, থাঙলেন য়াইওইবা, লৌরু চাউপোক য়াই, শীংচা কোনখিন য়াই, কাওরেন শনকু য়াই, তয়ম নাইকু য়াই, অদোন মিংথাঙ পাম্বদা রাইথুং থাঙ, থাঙলেন য়াইওইবগী কোদোয় মমিংথোংবু চারোংপবু মিংথোংজখিয়ে অহু নোংগীবু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন চারোংপা কৌবনু অদোন তাবা থিবনা নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন চারোনবাও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় চারোনবদি কোলোয় মিংথোংগীবু চুনবনে ॥০॥

---

রাংঙমলোন—মৈতৈ নিংথৌ চন্থ। লমলেন—লমদম। নোংয়ায় খুমন লৈমা—খুমন লৈমাবী। পায়মা লিনকোয়বী—মপুরুপী, গর্ভদগী। কদৌ নোংগীনো—করি মরমদগীনো। খুংলোঙবা—মখুংলোঙবা। থাঙলেন মখুংশু—খুংশু থাঙ। কোয়ৌ চুমিথাঙ রাংবন নোংমিতাং—চুমথাঙ খমবা। চীংফুং নোংথাঙ কুপকুম্বা—নোংথাং কুপ্পঙবা। কচেং মিংচংপা—মমিংচংপা থাঙ। লৌরু চাউপোক য়াই—ফুংওাই য়াইকবরা য়াই। অদোন মিংথাং পাম্বদা রাইথুং থাঙ—খুমন তাউখুচা খুংলোঙবগীদা লৈবা য়াইওইবা থাঙ। মিংথোংজখি—মমিং কৌখি।

নমেন নোংয়ায় খুমন লৈমা রাংঙমলোন থীংলাই খুৎশূ চন্নু-ও কৌএ। রাংঙমলোন থীংলাই খুৎশূ চন্নু কৌবদি কদৌনোংগীনো ? মৈতেংঙ্ চা লিনপান ময়োমনাউহন নাউহঁনা অহনবা হৈরী লীশীং নেন্‌পা খোইচীং লুপাক চাইবা মপান্নি অথীঙ হৈরোঙপা-ও কৌএ। ময়ু অথীং হৈরোঙপা মিংবু মৈনারায় তাংনা শমনা মিংথোংএ হায়বগীদমক রাংঙমলোন থীংলাই খুৎশূ চন্নু-ও তৌনা কৌএ। থীংলাই খুৎশূ চন্নু কৌবদি অহুম্বঙ মদোমদে। রাংঙম শামু মখুৎতোনবু লৌবায় চিপা হাকুমএ শমু খুৎতোন শুয়ে। মোমন্নু শূনা লংলৌথন্ খুৎতোন লৈনা খম্না য়াওরৌ শা শায়েক, খোইমোম লাইশকপু য়েকহৈ তমহৈএ হায়বগীদমক নোংয়ায় তাবা খিবনা রাংঙমলোন থীংলাই খুৎশূ চন্নু ও খোন্নেএ। নোংয়ায় খুমন লৈমা রাংঙমলোন থীংলাই খুৎশূ চন্নু পায়মা লিনকোয়গী নয়ু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন য়াওশোমবা ও কৌএ। নোংয়ায় য়াওশু ঙম্বা কৌবদি কদৌনোংগীনো ? ময়িম কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই সনা হোঙবা মশানৌ কেগে য়াওশুরাকপা অথোবনা নোংয়ায় লমগা হাইনা কারাং থেন-কাঙে, লোকতাক হিওনঙৈদা নোংয়ায় ঙমলে হায়না পাওমেন রাগী তিল্লাং মথোয় শাউনা রাতাথীখিয়ে। নোংয়ায় পূমনা হূপ অদোন পাকনা তাইনা আহিং ইন্নুং শোয়ায়মদা কেগে য়াওশুরাকপগী থাঙঙ মরৈকাই য়াওশু খুন্দোনমাবু খাম্বী মৈগা থানা য়াওস্নু চৎলম ফানশাং থুমনা পন্থে লে। অন্নু নোংগীবু কোল্লোয় মমিংথোংবু অদোন নোংয়ায় খুমন নিংথৌ ঙাংঙোই

---

অদোন চারোংপা—খুমন চারোংপা। নোংয়ায়—খুমন। চুনবনে—চানবনে। নোংয়ায় খুমন লৈমা রাংঙমলোন—মৈতৈ নিংথৌ চন্নু খুমনগী মহারাণী। চন্নু—নিঙ্গোন। মৈতেংঙ্ চা—মৈতৈ নিংথৌ মচা। নেনপা—ফাবা। মৈনা রায় তাংনা শমনা—মথং মথং। মিং থোংএ - মমিং থোক্লে মোমন্নু নূপী। য়েকহৈ য়েকপা হৈ।

খোন্নে—কৌনৈ। পায়মা লিনকোয়গী—গর্ভদগী। নয়ু—নবুথৌ। য়াওশু ঙম্বা কৌবদি কদৌ নোংগীনো—করি তৌবদগী য়াওশুঙম্বা কৌখিবনো। কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই সনা হোঙবা মশানৌ—মোইরাং নিংথৌ সনা হোঙবগী মনাউ—নিপা। তিল্লাং মথোয় শাউনা—মপূকনীংঙা শাউনা। রাতাথীখি—শাউখি।

য়াওশু ওম্বা-ও তৌনা কৌএ। অদোন য়াওশু ওম্বদি কোল্লোয় মিংথোংগীবু চুনবনে ॥০॥

নবেন নোংয়াই খুমন লৈমা নোংবাল্লোন তারমশু কৌএ। নোংয়ায় খুমন লৈমা নোংবাল্লোন তারমশূ কৌবদি কদৌনোংগীনো? মপন নোংবান অঙৌবা চকপারম্প নাউতা য়াম্বা হিতা লোনখোঙ তৃমাপা মশাবী লমচাউবা, মচী খুপা তোংয়ায় হনবা মাকুরেক কামৃপা মাখুতেং নানৈপা, মাশিংশীং মৈ-রোঙপ. চকপারম্প, কোনখাং লাইচৌপনা কবো তমদা কুমনা য়িমথি খনলোং-লোই, শেনবী চাপাক লোঙচুমলোই, তুম্নুং লংপান লোই, সনা কোন্‌পান্ লোই তরেৎ শেনপান লোইবু লোইথৌডে, শেনবী তারঙ নেৎতা লোইমোম ফৌগৌ শেন য়াইওইববু কোনখাং লাইচৌবনা শমু খুত্তা চন্না মরান ওন্দেরকপবু মমোম নোংবানল্লোন তোনাবীবু নোংয়ায় লৈকোয়পুংদা কাওজনডৈ, মপন কোনখাং লাইচৌবনা হে ইমোম তোনাবী-ও নপন ঐগী তারঙ শেনয়াই ওইবা অসিবু হয়েং নোংয়ায় নপুংয়ায়দা নপারি শাৎলা নমোম ফুয়রবদা নোংয়ায় ৱারীনরুও। ইমোম কোলোয় নমিংথোংসুঙ নোংবাল্লোন তারমশূ হায়না মিংথোংবিথিয়ে। তরেৎ শেল য়াইওববু লনউনবীথিয়ে হায়দবরা? অত্থ নোংগীবু নোংবাল্লোন তোনাবী কৌএ। নোংবাল্লোন তোনাবী কৌবদি

---

নোংয়ায় পুথনা হুশ অদোন পাকনা তাইনা—খুমন ময়াম হোত্নুনা। হুম্নুং শোয়য়া-য়মদা—অহিং নোংয়ায়দা। পম্বেংলে—লান্দারে।

নোংয়ায়-খুমন, অদোন। খুমন লৈমা—খুমন লৈমাবী। নোংবাল্লোন—অঙোম চহু। তারমশূ কৌবদি কদৌ নোংগীনো—করিগীদমক তারমশূ কৌবনো। মপন-মপা। নোংবান অঙৌবা—অঙোম। নাউতা—পিবাগী ধারা নত্তবা, মনাউগী ধারা। শেনবী—কবো। তুম্নুং—লং। লংপানলোই—লংনা পোংনা ওইনা লোই হাবা। তরেৎ—শেল। লোইমোম—ফৌ। মরান ওন্দেরকপবু—মমুমদা হল্লকপবু। নোংয়ায় লৈকোয় পুংদা—খুমন লৈকোয় পুংদা। কাওজনডৈ—থাজডৈ মপন—মপা। ইমোম—ইচা নুপী। নপন ঐগী—নপা ঐগী। শেন য়াইওইব অসিবু-শেনয়াই অসিবু। নোংয়ায় নপুংয়ায়দা—খুমন নরৈবাক্তা। নপারি শাৎলা নমোম ফুয়রবদা—নচা নিপা নচা নুপী পোকলবদা।

কদৌনগো ? নোংবাল্লোন তারমশু তরেৎ শেনয়ায় লোইবীও তৌনা কৌএ। নোংবাল্লোন তারমশু ময়ু অঙৌবা রোংতৈ খুন্তাচীং, শেল্লোয় চীংলাংমৈ, য়াম্বানা পুবী চীং কোনখাংনা তাউবী চীংবু অশৈনবী নোংবাল্লোন তারমশু তরেৎ শেনয়াই লোইবী শেনচা হায়্রৈ শকপী পায়মা লিনকোয়গী ময়ু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ লময়ায় কাইখিনবা-ও কৌএ। লময়ায় কাইখিনবা কৌবদি কদৌনোংগীনো ? নোংয়ায় খুমন নিংথৌ লময়ায় কাইখিনবা মহাক-থক্তা থোইমোম নোংদমথোনগী নোংয়ায় খুরে, খুমন পীকলে। অদোন খাধা লাইথা হুয়তাউ থোঙথান য়িমনীং য়িম্মাং তানদনা পানবা পুমনমকপু খায়-চেং খাইপুং নাইরে। নোংয়ায় ময়েঙ য়েঙনসু মতোন তোন্না কৌরে। অদোন খা-ওৎ খা চাইনা খুমন লাঙতক লাঙফেম্নরে হায়দবরা ? নোংয়ায় খুমন নিংথৌ লময়ায় কাইখিনবনা নিংথৌ ইহাকথক অসিদা কোল্লোয় ইমিং মাঙলে। হয়েং নোংয়ায় চাদোম্না কাউদনবা খুমন শূদোম্না নিন্দনবা নোংনেম লাইনা পাংবরমগী হৈপোক শৌতিয়ান লেমচেং লীহৈপোক রাংঙমলোন পিয়াই-থোঙ রাংকচীং থেনশাবী লেমচেং লৈথোংপী হৈপোক থেনশা চীংদা চীংয়া নাকপক শারোন ঙান্না মালেম লৈকম লৌ, তোকমু লৈতম ফেন্না চীংয়া থেন

---

নোংয়ায় বারীনকও - খুমন্দ বারী তৌনকু। ইমোম - ইচা নূপী। কোলোয় নমিংথোংসুঙ—নহাক্কী নমিংসু। নোংবাল্লোন—অঙোম নিঙেঙান। তরেৎ—শেন। কদৌনগো—করি তৌবদগীনো। ময়ু—মবুথৌ। অঙৌবা—অঙোম। লময়ায় কাইখিনবা - খুমন নিংথৌ য়াওশুঙবনা রাংঙমলোন য়োইরেন তোন্নাবীগা রাংঙমলোন তরমশূগা নূপী অনী পান্নদুনা য়োয়রেন তোনাবীনা য়োয়পা অদুগা তরমশূনা লময়ায় কাইখিনবা পোকই। য়াওশুঙবগী মথংদা লময়ায় কাইখিনবনা পানখি। নিংথৌ অসি খৃষ্টগী ওরামরিশুবা শতাব্দীগী অহানবা তংখায়দা পানখি। মহাকথক্তা—মহাকনা পাল্লিঙৈদা। থোইমোম নোংদমথোনগী—লাইগী নোংদমদগী। নোংয়ায় খুরে খুমন পীকলে—খুমন লৈবাক খুন্তাউ লৈচাউদরে। খায়চেং খাইপুং নাইরে—মচেৎ মচেৎ তারে।

লাঙতক লাঙফেম্নরে—ইরাঙ লাঙেঙ। ইহাকতক—ঐগী হাক্তক, ঐগী মতম। কোল্লোয় ইমিং মাঙলে—মিংচৎ মাঙলে। নোংয়ায় চাদোম্না কাউদনবা খুমন

খেৎঐ। হাওরৈ নোংপোকলা পাংবা লম হৈখি মখোয়রেন হৈচাং মমাঙ্গ ক্ষোয়না তাউচীং হৈচা রাই, কোয়রেন লম্মহন লৈনুং থারুক অশেকা রাগী ক্ষোকসংচান্না নেশ্বী থাথাকোন লমলেন চেঙচা রাপকাইতা পামেন শংকম য়ান তল্লা লেপ্তুম য়ুং কোঙয়াং খারাশা লোকলৌ পানপে শেম, কূরাউ পনগা লোন, শারেন পাকতকনা রাংলৈ ফাকেন্ননা হোঙনেম্মে। কৈরেন মরাইরাংনা লময়ায় কাইখিনখিয়ে। অতু নোংগীবু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন লময়ায় কাইখিনবা-ও তৌনা কৌএ। অদোন লময়ায় কাই-খিনবা নিংথৌ মহাকথক্তা মশানৌ নোংয়ায় খুমন লৈমা পান্সিসেপা লাই-তাঙ্ চনুসুঙ কোরৌ নোঙ্গাখিরবগী নুংশি মখৈ লৈতনা নোংয়ায় লাকঙমদনা অদোন তেমঙমদরে হায়দবরা? নোংয়ায় ময়াই য়ায়রংচান য়াওরৌ শাখোম শা য়াইসুঙ অদোম য়াইথীংবা নুংনাং উশোনবনা ময়িম অরাং পোইরৈ মৈতে রাংখৈ লাইকোক পাম্বা মফৌ শায়াই চেনবদা পীনরে। অতুসুঙ মদোমদে। রায়রা খোঙহৌয়াই, হুয়েন লানতা য়াই সৌপোন য়াইরেন নুংচানবসুঙ নোংয়ায় য়িমকোয়শেন খিংখিং লাইহোই শরীকসুঙ নোংয়ায় শান্তাক্তা অদোন শানফোঙদনা মৈতেংঙু নোইনাই থরানথাবা লাইরেন সনা মখোঙ থাদা খুমন অতোন কৌবা অদোন লৌওনবনা লোম্না কংলুরবগী দমক নোংয়ায়

---

শুদোম্না নিন্দনবা—খুমন ইচা ইশুনা কাউদনবা। নোংনেম লাইনা পাংথরমগী —অরাং মায়গৈগী। মালেম লৈকম লৌ তোকমু লৈতম ফেন্না—য়োংনা লৈপাক তৌতুনা। হাওরৈ—মায়গৈ। নোংপোকলা পাংবা লম—নোংপোক মায়গৈ। নেশ্বী—শীংনাং। তল্লা লেপ্তুম য়ুং—উ য়ুংতুনা।

শারেন পাকতকনা—শা মরাংকায়না। রাংলৈ ফাকেন্ননা—যু য়ামনা য়াওনা। হোঙনেম্মে—হরাউ কুম্মৈ তৌয়ে। নিংথৌ মহাকথক্তা—নিংথৌ অতুনা পান্সিলৈদা। মশানৌ—মনাউ ইবেম্মা। কোরৌ নোংগাখিরবগী—শিরতুনা। মখৈ লৈতনা—হায়নঙাই লৈতনা। লাকঙমদনা—লাকপা ঙমদনা। অদোন তেমঙমদরে—খুমন রাক্তেশ্বা ঙমদরে। নোংয়ায় ময়াই য়াইরংচান—খুমনগী য়াই। সৌপোন য়াইরেন নুংচানবসুঙ—খুমনগী নীংথিবা সোবোন য়াইসু। নোংয়ায় শান্তাক্তা অদোন শান-ফোঙদনা—খুমন্দা তাকশোক্তনা, থঙহন্দনা।

কাইখিনবনা খূমন লেপঙমলরোই অদোন খিনঙমদরে হায়না অরাং পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ লাইরেন মৈতেংঙু কোঙয়াম্বা তুবী সনা মহাকথক্তা নোংয়ায় খুন কারকলে। লাইরেন মৈতেংঙু কোঙয়াম্বনা নোংয়ায় শেল্লৈ নিংথৌবু অদোন পাইরৈঙাইনে হায়না লাংশঙ শঙলাংচান লাংগোই রাইথুংশঙদা লৈহল্লবগী নোংয়ায় খূমন নিংথৌ অদোন লময়ায় কাইখিনবনা পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ অসিবু নোংয়ায় শেল্লৈঙাই ওইরবস্তুঙ থমং লোকয়ায় খায়না লাইজা ঈরাই খম্না পানকবনে। নোংয়ায় এৈবু অদোন ইপা লাই খূমন ইপুরাই নোংয়ায় পোকমাবা খূমন শাৎমাববু থাবা পোংথৌ লাৎপু লাৎয়োল্লে। নোংয়ায় অয়াঙ লমথোকপবু অয়াঙ লমলাইতাঙ লৈকোয় ঈরাৎ শোয়রে। নোংকা ঈনি তাম স্বকনি শোইনি রাবু উশোই ঈরাৎ শোয়রে। লৈতাই নোংদাইববু তাইয়োল্লে। মানবী শাখোম য়াই তাইদনা শোবোন ঈরাৎ শোয়রে। নামতুখা ঈরাৎতা নাউতু খোংলেন তাইনা লৌকুম লৌকা লাৎপু লাৎয়োল্লে। ঈরেন তমলেন তাইববু তাইয়োল্লে। কুম্পী কুম্পা লাৎপু লাৎয়োল্লবগী নোংয়ায় ইথানা লাঙতকনা খূমন ইতোম্বা লাঙফেন্নরে হায়না লাইরেন মৈতেংঙু তুবী সনা মখোঙ খাদা নোংয়ায় নুংশিবা ময়াথং কোল্লোয় মতিনমেনবু মুকমু লৈতোন কোন্না রাকচ্চখিয়ে হায়দবরা? লইরেন মৈতেংঙুনা থোজান মায়ওক্না নোংয়ায় শেল্লৈ নিংথৌও অদোন পোইরৈ ঙাইনে হায়না

---

মৈতেংঙু লোইনাই থরান থাবা সনা মখোঙ খাদা—মৈতৈ নিংথৌ থরানথাবদা। লোন্না কংলুরবগী—তুমিন্না পীরুরবগী। লেপঙমলরোই—লেপ্পা ঙম্মবোই। মৈতেংঙু কোঙয়াম্বা—মৈতৈ নিংথৌ কোঙয়াম্বা (খৃঃ ১৩২৪—১৩৩৫)। শেল্লৈ নিংথৌবু—মশেন নিংথৌবু। পাইরৈঙাইনে—ঙাই শেন্নে। লাংগোই—শগোল, শামু। রাইথুংশঙদা—থুংফমদা। পানকবনে—পানবা য়াবনে, লৈবা য়াবনে।

ইপা লাই ইপুরাই—ইপা ইপুগী লাই। খূমন শাৎমাববু—খূমন পোকপবু। ঈরাৎ—ঈরাৎপা। শোয়রে—লাল্লে। লৈতাই নোংদাইববু তাইয়োল্লে—লৈতাই নোংদাইবস্তু চুমনা লৈতাই নোংদাইদরে। মানবী—শদ। লাৎয়োল্লে—চুমনা ঈরাৎতরে, ঈরাৎপা শোয়রে। ঈরেন—ঈশিং ঈরেন অচৌবা। তমলেন—ঈশিং অচৌবা। কোল্লোয় মতীনমেন—মরাহৈ।

লোকলো শানা নাউয়োকঙম্মে হায়দবরা ? খুমন নিংথৌ লময়ায় কাইখিনবদা নিংথৌ কাংবা চম্বু চৈরৈ লাইরুরা রাংঙম লাকহিমোম শাফাবীবু মরান মুহোঙ খোঙতোং চাউনা অওঙ অউন তম্ তয়ম মনাই খাই কাওরেন শনয়াম পী চানা পান্না শেংনববু মরোয় পূমনা শুনা পীওঙলবগা খ্বাই চাদি হৱা ইবা মরৈকাই খ্বাই শেনতোনপান্ লমলেন লোইঙা নংগা কংলৈ শারাকপান্দা মরান য়ূমদাহল্লে হায়বরা ? নোংয়ায় নিংথৌ লময়ায় কাইখিনবদি কোলোয় মিংথোংগীবু চুনবনে ॥০॥

নোংয়াই পা রারী কাউরবা খুমন প্ল রারী তৎলবশিংবু রারী নাতৈ থি শৈওঙ মতা খন্না শৈশেমজরবনে। ইরাকননা পুনশি ইরাল্লৈ অৱাং শরূ লুতোংলৈ পাখং কুমচিং লোনখোঙ মঙা তানফংলৈ, নূরা কুমচিন লোনখোঙ তরূক রায়চিল্লৈ, চারোন মঙা তানফংলৈ, শূরোন তরূক রায়চিল্লৈ. মুংবান হোঙনেম লৈপুনশিবু শীংলেন তোংতম পুন লৈরাং খয়োম শানা লানচিল্লম্মে। ইরাকমদি ইমায় নোংনেম লাইনা পাং ইমান কৌবা চীংথংলাং পাংবরমদা ওল্লা হয়ি চা হয়া লাউনা কোনশিল্লমগে। হয়া হে হয়ি চা হয়া হরি-ও ॥

---

লোকলো শানা নাউয়োকঙম্মে—তরাম তরাম য়োকলম্মে। নিংথৌ কাংবা চম্বু—নিংথৌকাংবগী নিঙ্ঙোন। রাংঙম লাকহিমোম—কাঙহুজম নিংঙোন। শাফবী—লাইবক ফবী। মরান য়ূমদাহল্লে—য়ূমতা হল্লে। পারারী—মপা মপুগী রারী। ইরাকমুনা—লাইরিক ইবা ঐনা। মুংবান—লুবাং।

শীংলেন—লৈ। ইরাকমদি—লাইরিক ইবা ঐদি। ইমায় নোংনেম লাইনা পাং—মায় অৱাং ওন্দুনা।

# খুমন নিংথৌশিংগী পুরোন পেল্লোন

চিনফূরোন লৈচিক ঙানবী

|

নোংদমলেন অখুবা

( লৈথমলেন চম্নু )

|

নোংদমলেন অহনবা

( চিংম্নু লৈমা )

|

কুরুমলেন মৈনাইদবা

( হাইম্নু লৈমা )

|

কুরুমলেন মৈনাইবা

( লৈফুরেন চম্নু )

|

পোথাং পোংহন

( পিশিম্নু )

|

হৈরোংলেন লোংজুম্বা

( পিশিনম্নুখোম্বী )

|

নিংথৌ হৈরোংঙাং থাঙাংলেন

( পিয়াইম্নু )

|

থল্লারেন | পোইরৈতোন




* পোইরৈতোন হায়বসি খৃষ্টাব্দ ৩৩ দা ইম্ফাল কংলৈদা কখাল কাখিবা নোংদা-লাইরেন পাখংবগী মতমদা লৈরম্বনি।

শীংতাপুং তাপুং শীংমিনবগী মচা (১) আরোংগী থাম্না মথেনা খুমন অচুগা (২) পামিংনবগী মচা মশূ মথৈ লুৱাং শলাই ওইখি।

৩। লুংবা অহনবা

( ঙান্নুরোন নিংথৌ য়েন্দং চহ্নু লৈমা থবোইয়েম্বী )

৪। য়োইরাংপোক পুনশিবা

( ঙান্নুরোন য়াইবী লৈমা )

৫। কচেংম্নায়েং মাংপা

( রাংঙমলোন পেংশিবা চন্নু লৈরুম চেংবী )

৬। মোংবা খোনবা

( রাংঙমলোন নাউখম্বা চন্নু লৈরুম লাংবী )

৭। খোনবা নিংথৌবা

( রাংঙমলোন নাউকংবা চন্নু মেৎপী লাইবী )

লাইফেঙবা ❋

৮। ( ঙান্নুরোন কাইরৈমা )

৯। পুনশিবা য়ুমোইবা

---

❋ থূমন নিংথৌ মোইরাংপোক পুনশিবগী ঊদি—আক্রাম (লৈভরে)।
থূমন অদোন লাইফেঙবগী হাক্তক্তগী থৌবালদগী লৈকোয়পুংদা কোম্নুং হোংখি

পুনশিবা য়ুম্নোইবা
( ঙান্নুরোন পিয়াইরোক )

১০। য়োয়থোংঙাই
( ঙান্নুরোন কাইরৈমা )

হাওরমহন — হাওরম নীংগোয় য়ায়মবা — ১১। নিংথৌ হাওরমতোন
(ঙান্নুরোন থোংঙাইবা চন্নু)

১২। নিংথৌমেনপোম্বা — অথিং মোংবীশূ — থোংবু শানম্বা — নীকলাই থাবা
( ঙান্নুরোন )

থোংলৈরোম

---

হাওরমহনগী ঈদি :— ১। থোয়দিংজম ২। য়াংলেম

হাওরম নীংগোয় য়ায়মবা হায়বসি মোইরাংগী খম্বা থোইবীগী লৈশঙ্করিবা কাওরিবা থৱগী মবুথোনি।

হাওরম নীংগোয়-য়ায়মবগী ঈদি :—১। থেঙ্গুজম ২। পুথ্রেম ৩। কাইরেনবম ৪। লাংলেনহনবম ৫। চান্দম ৬। তৌরেম অমস্নুং ৭। পাংগৈজম

অথিং মোংবীশূগী ঈদি :—মোংবিজম

থোংবু শানবগী ঈদি :— ১। লাংদেম ২। ঙাংবম

নীকলাই থাবাগী ঈদি :— ১। হৱাইবম ২। আকাংজম ৩। পম্লুবম

নিংথৌ থোংলৈরোম

( ঙাম্বুরোন থায়থিবা চম্বু )




---

অথিংবগী ঈদি :—১। ওয়নাম ২। মাইমোম ৩। ওয়নাম য়েন্দুশঙবম

থোংহনগী ঈদি :—১। থম্নাম ২। অহোংশাংবম ৩। চবুংবম ৪। থোংগ্রাম ৫। টৈংক্রুজম

থোংয়ায়গী ঈদি :— ১। সিনাম ২। অত্তোম সিনাম ৩। থোংবম ৪। য়াং-লৌমৈবম ৫। লাংগংশাবা হংলেম ৬। হংলেম ৭। করাউবম ৮। অত্তোম

লাইপগী ঈদি :—লাইগ্রাম

১৩। নিংথৌ পিয়ায়োঙ
( ১। য়াংঙমলোম থোংঙাইথোং ২। খুঙান লাইরুবা সোয়াম্বী )

১৬। নিংথৌ চেকয়াম্বা
( য়াংঙমলোন পিয়াইথোং )

থিংগোন লীকমাবা (য়োয়রুমলোন মুংবী লৈমা) — মনাউ

খুঙান লাইরুবা সোয়াম্বী: সোইপাই অহনবা, সোপাই তাইবংজাম্বা, কাইবী খুরামপাম্বা, লীকমন লাম্ববা, থোংচু অতোনবা

১৮। নিংথৌ কোকপা খমলাংপা লাই ওইখি
নিংথৌথোং
১৯। অদোন য়াইথিংবা ক
( নাউসং লাঙকম্পা চন্থু )

২০। নিংথৌ শময়োক ফাবা চীংপা য়োংতানথোবা
মনাউ

---

ক মৈতৈ নিংথৌ অয়াঙবগী মতম
নিংথৌ থিংগোম লীকমাবগী মনাউগী ঈদি :— ১। অসেম ঙাথাথোই ২। থোংগ্রাম

সোইপাই অহনবগী ঈদি :— ১। কোলোম ২। সোগাইজম

সোইপাই তাইবংজাম্বগী ঈদি :— ১। আসেম ২। তাইবংজম ৩। তাইবংজম য়ারেপ্পম ৪। য়ারেপ্পম ৫। ইপুশংবম

কাইবী খুরামপাম্বগী ঈদি :— ১। সাপম ২। হাওবিজম ৩। থত্রম্বম ৪। আসেম

থোংচু অতোনবগী ঈদি :— থোংবম।

খমলাংপা—চীংদা কাহুনা থাম্লিংবা পোকই, চীংদা হাও ওইখি।

নিংথৌথোংগী ঈদি :— ১। পুখ্রম্বম ২। সিনাম ৩। মাইবম ৪। মৈতাল কৈশঙবম ৫। লীকমাবম ৬। থিংগোম ৭। ময়াংলম্বম ৮। চুংখাম ৯। অয়াম ১০। মাইকুরাম ১১। অমাকচম ১২। চরোইবম ১৩। অকুবাম ১৪। থোয়রিঙবম।

শময়োকফাবগী মনাউগী ঈদি :— ১। লমাবম ২। য়াইথিংবম ৩। লাংগম।

২০। মশয়েক ফাবা

( লংমাই নিংথৌ চম্মু কাইনৌবী শময়োক )




---

নিংথৌ থোংপু শামুকম্মুচাগী "মনাউ" গী ঈদি :—থাংজম শমুকচম

থিংকোন খুবগী ঈদি :— ১। খিংবাইজম ২। খোইরোম

শেকমু কাইনৌ চীংশোম্বগী ঈদি :— খিংগোম

খোইপা তেনহৈবগী ঈদি :— ১। নাম্রম ২। হাওবম

মোইরেং শাফবগী ঈদি :— ১। মোইরেংজম ২। হেস্তাকপম য়েনশেম্বম

৩। য়েস্তাকপম

২৪। নিংথৌ ঈকোপ লাম্বা
( রাংঙমলোন নাউরেমতোন )

২৫। নিংথৌ পুনশিবা খুরেনচনবা — অতোনবা

*(১। রাংঙলোন পানবা ফাবী ২। লাইশ্রা ৩। ঙাম্বুরোন য়াওশোম্বী ৪। রাংঙমলোন) শোইনাইদে — চীংখৈথানবী

১। — নিংথৌ চারনবা ( থাংলাই খুংশু চন্নু )
২। — থোঙপুহনবা
৪। — লৈফোনবা

নিংথৌ চারনবা — য়াওস্তু ঙম্বা (য়াওশোম্বা)
( ১। তরমশূ — ২৮। নিংথৌ লময়ায় কাইখিনবা ( রাংঙমলাকহিমোম কাংস্তুজম চন্নু ) — সনা
২। য়োইরেন তোমপোকপী ) — য়োয়পা

---

থোঙপুহনবগী ঈদি :— ১। লাইশ্রম ২। তাউরেম ৩। আমোম ৪। লাইশ্রম লাইখুরাম ৫। তোঙম

লৈফোনবগী ঈদি :— ১। পুয়াম ২। য়ুমখাম ৩। নেপ্রম ৪। ইংগুদুম ৫। মোইচেম ৬। লাংহৈবম ৭। ফানজেম ৮। আখাম ৯। য়াম্বেম ১০। ঙাসেপ্পম ১১। পাওম্বম ১২। তোকপম ১৩। শঞ্জেনবম ১৪। বায়েনবম ১৫। চিংখাম ১৬। সগপ্পম ১৭। হাওরোংবম ১৮। তৌমোম ১৯। সম্বাম ২০। লানথম ২১। কদাম

য়োয়বগী ঈদি :— ১। থাংজম ২। থাংজম য়াউশোম

সনাগী ঈদি :— ১। থুমম্বেম ২। বাংগোম ৩। তাওবম ৪। অহৈবম তাওবম

* রাংঙমলোন পানবা ফাবী কৈরেন লাম্বী অসি মৈদিংঙু থুমোঙগী ( খুনকোমবগী ) মচা নূপীনি।

নিংথৌ লময়ায় কাইখিনবা অসি মৈতৈ নিংথৌ কোংয়াবগী (খৃঃ ১০২৩—১০৩৫ মতমদা লৈরবনি।